# মনিপুর আন্দোলন

## ১বা মতাং

### ১বা উৎপা

### —লাক্কোন চীংহ্না—

( উদয়, সেনাহল অমসুং চন্দ্রহাস য়ারী শাদুনা লৈরম্মী নাকল অমদা বেগুন খোংই, বোম তোপ নোংমৈনচিংবসু মরক মরক্তা কাপই। নোংমৈকাপ্পা লোইরবা মতুংদা বৃটিশকী সিকাই খরনা মথোয়গী ফ্রেগ য়ুংশিল্লগা তপ্পা তপ্পা থোকখি। )

উদয় :—ইচিল ইনাওশা ! হৌজিক্তি মৈতৈ ঐখোয়গী উপাই লৈত্রেদো। আকিল চাওরবা মালেশনা মাইকৈ অহুমদগী তকশিল্লকপনা মৈতৈগী ফম্বাল মুনথ্রেদো। পুম্নমকপু লুচিংবিরম্বা মৈতৈ লৈবাক্কী মৈরা কোইরেং অমসুং থঙ্গাল মনাই-মশাল ফাওবা লোৎতুনা লৈত্রে। মথুৎতা থুংলায় পায়দুনা লানফমদা মহাক অমা চোংথোকপিয়কলবদি মৈতৈ লৈবাক্কী আশা ওইগদ্রা মাই পাকত্রা থলম্বা ওজা ইবুঙো পাওনা ব্রজবাশিংসু মালেশকী মফমদা মাইথিবা কংদুনা তাইবং অসিদগী থুপখ্রেদো। হৌজিক্তি মৈতৈ লৈবাক্কী আশা অমা লৈত্রেদো।

সেনাহল :—অঙম্বা ! মৈত্রবাকীদমক চোংথোকপিরকদবা মৈতৈগী অকল-অথৌ অমম্বা লৈথিত্রবরা—?

উদয় :—কনা লৈরি—? হন্না য়েংবদা অথৌবা কনা উথিদরে। লিক্লাই ইবুঙো কুল্লচন্দ্রগী থরাইনি থমজবা অথৌবা য়াইস্কুল-লাকপস্ন নোংপোকী লানকমদা অরোং ভুরেন মপান্দা নোংগাখরে। মজা ইবুঙো শঙ্গোইস্না লানকমদা স্না থৌগল ইনখরে—। ভারতকী নোংপোক্তা মনিপুর স্না লৈবাক্তা তোমথিন ঙানবা শক্তিক থাবাগুম্বা চিংলেনস্না খোংজোমগী লানকমদা মালেশকী বম্না চেন্দুনা নোঙ্গাখ্রেদো। মৈতৈ লৈবাকী অকনবা মচা পোকই হায়রবসে মৈতৈগী ইতিহাসতা স্নাগী কালিনা ময়েক লাবা ইতুনা মহাক্লা তরং তরং উৎলম্মি! অদুবু পুন্নমক অদু অয়েম্বদা তাখ্রে। মক্রুবা মঙালগা লোইননা থোকলম্বা মনিপুর স্না লৈবাকী ইনিং তম্বগী হুমিৎ অদু বিজাতি মালেশকী বোম তোপকী মৈথুনা থংহৌদনা কুপথে। ওম্হোকপনি মৈতৈ পোকপী ইমা মৈতৈ লৈমসে মীথা পোনবগী ফিরুক থুমতুনা লৈয় হায়না তমথ্রবোইদকো.........!

চন্দ্রহাস :—অদুবু অসিগুম্বা মতম অসদা মনাও ইবুংঙো কোইরেং যুবরাজনা ভুমিন্না য়েশিন্দুনা লৈরিবা অসিবু করি মরমগীনো অঙম্বা—?

উদয় :—ইচিল-ইনাওশা, মতম তানজানা য়াদতুনা স্নাহকচাং ঈতুনা লৈবা মরম্না, য়াদবা মভাং থোকখিবনা মনাও ইবুঙো

যুবরাজনা য়েশিন্দুনা লোৎতুনা খাংলিররি। ইচিল-ইনাও-শিংনা খল্লিববু মালেশপু কিহুনা যুবরাজ কোইরেংনা লোৎলিবনি হায়না খনবরা......? নংলমমগ্রবদবু ইরৈবাক্না অসুক য়াম্না অরা মৈশা লাংলবা মতম অসিদবু মনাও ইবুঙো কোইরেংনা লোত্তুনা লৈবা হোৌনবরা—? হৌজিক স্না হকচাং ঈ-না ঈনা পাঙ্গলসু ইথোক-থোক্তনা লানফমদা চোংথোকলুরগা মৈতৈ লৈমগী অরাবসু কোকহনবা ওমদা, যুবরাজনা অরেম্বদা মালেশকী মথুত্তা থরাই থাগ্রবদি ইরৈবাক অমদি নখোয় ঐথোয়গী অমাংবা নত্রা.........? হয়েং মতম্না চারগা মরাইনা চোংথোকচরকনি। থোলস্র সুবদারনা লুচিংজনা মালেশকী লাম্মীনা মনাও ইবুঙো টিকেন্দ্রজিৎ কাগদবগী তুমহনবগুম কোইথিথিরি হায়বসি নখোয়সু খংলিবতুমঙাই, তারিবতুমঙাই—।

( মতম অসিদা ইথং-থংহোদনা থোলস্র সুবদার ১সুং খুৎলাই পায়বা সিকাই থরা চংলকই )

থোলস্র :—ও......। মৈতৈ অঙম্বা উদয়! নংবু ঐনা উননিংহনা লৈরমলিবনি।

উদয় :—সুবদারনা ঐগী ইকমদা করি হংবিবা পাম্বিবা—?

থোলস্র :—মরম লৈ মৈতৈ অঙম্বা! নংগা ঐগদা চিন্না ওাংনগদবনি

( লাম্মীদা ) বাহাদুর—! তুহুকো উধর তপ পঁহুচো—।

( সেনাহল, চন্দ্রহাস থাদোক্তুনা থোকথিবা )

( সিকাইদা ) তুম লুক উধরসে থেরো।

( সিফাইশিং থোকখিবা ) মতম কনা কুইরে মৈতৈ অঙম্বা ঐনা নংবু ঙাইরকইবা নংগী মক্কমদা রা থরা হংনিংঙুনা…।

উদয় :—অদুবু ঙসিদি থেংনরে, হংবিবা য়ারেদনা সুবদার সাহেব—।

খো :—ইচম-চম্বা করিসু লৈতবা য়াহংনি। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী স্না হকচাং ঈদুনা লৈ হায়না তাই ; মহাক হৌজিক কদাইদা লৈ—?

উদয় :—হু……হু……হু…… সুবদারগী অদুগুম্বা ইচম-চম্বা রাহং অদুগী পাওখুম অদু, মহাক অমদি কনাগুম্বা মী অমগী মক্কমদদি য়াম্বা লায়না থোকলম্বা য়াই। অদুবু ঐগী ইক্কমদদি থরা লুনা থোক্লে। হৌজিক হায়রগা ৎদক্তা কংবদা সুবদারগী থরা নিংবা থুংবা রাৎলগনি।

খোঃ—থোইনা অরুবা রাহং নত্তে। হৌজিক পাওখুম পীবদা থরনিংঙাই লৈতে।

উদয় :—হংলিবা রাহং অদু সুবদারগী মক্কমদা অরাইবা ওইরম্বা য়াই, অরুবা ওইরমদবা য়াই। অদুবু অদুগুম্বা রাহং অদু মনিপুর স্না লৈবাকী কয়ামুক য়াম্না লুবা রাক্ংনো হায়বদু রাখল তৌবিত্রা—?

খোলন্দ্র :—যুবরাজ স্না হকচাং ঈরে হায়বা পাও তারে। লৈক্কম তাকউ অনাবা হংবা চৎলুগে যুবরাজবু থুক্কমজক্লগে হায়বসিবু করিগী অরুবা রাহং ওইগদৌরিবনো—? ঐসু মৈতৈ মচা অমনি……।

উদয় :—হা… …হা……হা লাম্মীগী লুচিংবনি সুবদার ওইরবনি

হায়দুনা নখ্‌াংদা শউন মচেৎ অমা লাকশিনবদগী মীওইবগী অফ-ফত্তা রাখল পুম্নমক কাউথোকখিদুনা মালেশকী আকিলগী মথাদা হংনা শাবা লাইগুম্না লৈবা নহাকুম্বা মীশক অত্থু নত্তে। নহাকুম্না ঐ অসিস্থু মৈতৈ লানমীগী অমদি মৈত্রবাক অসিগী লুচিংবা অমা ওইরমল্লিবনি।

খোলন্দ্র :—খংত্তি নহাক লানমীগী লুচিংবা অমনি। অদুনবু থংফম থোকই হায়দুনা নঙোন্দা হংলিবসিনি। হাইয়্ যুবরাজ কোয়রেংগী লৈফম ভাকউ .... ....। মতিক চানা মনা ফংগনি।

উদয় :—মনা ....! হা ... হা .... হা ..., মনিপুর যুবরাজগী অনাবা হংননবা লৈফম খংননবগীদমক্তা মনা পীগনি হায়বা—; মালেশনা মনিপুর যুবরাজ চানবিবা অসিস্থু ওস্থোক্লা মপুং ফানা চানবিগ্রেদা পুকচেল চাওখ্রেদা মালেশ— ! হা....হা...হা... ।

খোঃ—মৈতৈ অঙম্বা— ! নংগী অত্থুগুম্বা রাভাং অত্থু ভাগে হায়দুনা নংবু ফাবা নত্তে।

উদয় :—করেম্নবা নত্তে, অচুম্বনি শুবদার ! মতম অত্থুদা নংদি মনিপুরদা থোরক্লিবনিনা খংলমদবা য়াই, তারমদবা য়াই। নখোয়গী কুইন্টল সাহেবনা লৌরিঙৈ দরবার ভোগনি হায়দুনা ফজবা মওংদা পুথোক্লগা হুরান—লাম্নাদা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফাননবা থোরাংখিবা অমদি হাপ্তা বাঙ্গালাদা মথোয়না মৈতৈগী রাশ য়েংগনি হায়দুনা রাশ

শান্নহল্লগা কুম্মৈ লোইন্দ্রিবৈদা মথোয়না মসুংদা শরো শিন্নহুনা অহিংদা লান হৌরকপা মতু পুন্নমক অতু থন্নক্লগা সিংশিংলুরগা মালেমপু পুকচেল চাউবনি হান্নবদা করি অরানবা লৈবগে— ?

খোলচন্দ্র :—উদয়—! ঐগীদি থাঙ্গশেংনা হায়রিবসিনি, টিকেন্দ্র-জিৎকী লৈকম তাক্লবদি অচম্বা মনা পীগদবা নত্তে। নকোক অতু স্না য়োমগদবনি লৈপাক্লা শকথং-মাইথংবা মশক নাইবা কমথোল হাইগৎকদবনি। রাখল মুন্না তৌ।

উদয় :—হা...হা....হা....মপুনা ওমোক পীজরগা থৌজিল্লি-বমথৈ চংঙু য়াবা হুইগুম্বা থাগী তলব থরগীদমক্তা, কমথোন মচা অমগীদমক্তা নশাগী মান, সম্মান করিমতা য়েংদনা বীজাতি মালেমকী মীনাই ওইদুনা নজাতিগা মায়োক্লহুনা নথরাইবু য়োম্থোকপা ওম্বা পুকচেল পিক্লবা নংনসু ঐঙোন্দা অপাম্বা উৎহুনা পুক্লিং থৌবা শারি। থংঙু ঐহাক অসি নংগুম্বা অচম্বা মৈতৈ অমা নত্তে। ঐদি মৈতৈ পোকপী মৈতৈ চহুগী অশেংবা মচা অমনি।

খোলচন্দ্র :—তুমিল লৈয়ু চিন্থিবা মৈতৈ অপংবা রায়াম ঙাংবনা করি অমতা কান্নরোই। হৌজিকসু নরাল ঙাকপিরি। হায়য়ু..........যুবরাজ কদায়দা লৈ ?

উদয় :—ঐ থংদে। তাও সুবদার, করিগুম্বা ঐনা থংলম্বা থোক্লবসু নংগী ধমকা অমদি অন্নাকমবু কিহুনা যুবরাজগী লৈকম ভাকপদি ওইথোকতবনি।

খোমদ্র :—হু····হু····হু······নহাক্কী রাঙাং-শাঙাং অসি তাবদা নহাক শোয়দনা যুবরাজগী লৈকম থংলম্বা তাই! ঐগী অরোইবা রাহংনি। নহাক মৈতৈ মচা অমনি নথরাই মাংনিংঙ্গরবদি যুবরাজগী লৈকম তাকউ। কজবা মিংচং পাম্মী হায়দুনা মপাঙ্গল নথোনাদি লৈতনা থোইনা অথাং কনগদু। তাংনা ফংলবা পোকঙমদনা পোক্লবা মীওইবা মপোক্কি। অরেম্বদা থাংগু থক্কা মাংহনা তোক্লনি। থরাই হায়বা অসি সনা লুপানা লৈবা ফংদবনি।

উদয় :—চুম্মী থরায় হায়বা সনা লুপানা লৈবা ফংদে! অদুগুম্বা সনা লুপানা লৈবা ফংদবা থরাই অদু নোংমা হকচাংগা কায়নবা সুমিংতা লোইরবনি অদুবু মিংচত্তি লেংদবনি। হা····হা····হা···তাও সুবদার! নথরাইবু অদুক পাম্মুনা অদুক লুনা থনবা নহাক অসি অশেংবা মৈতৈ মচা অমা ওইরমগনি হায়বা ঐ থাজদে। মৈতৈ চনুগী অশেংবা মচা ঐথোয়গী ইকমদদি থরাইদি শায়বা পোৎকুম্না থল্লি সুবদার! অদুবু করিসু লৈতবা ঐ অমগী থরাই অসি পাম্মুদুনা মৈতৈ সনা লৈবাক্কী ভাগ্য বিধাতা ওইরিবা নিংথৌ শাগেগী মৈতাল অরাবা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী লৈকম তাকপদি ওইথোক্কবনি।

খোমদ্র :—হৌজিকসু মতম লৈরি অঙম্বা।

উদয় :—মতম মাংনবনি সুবদার।

খোলচন্দ্র :—তৌগনু মৈতৈ অঙম্বা। লিলহানা মথুল চংঙমদাইদা চুম্মী হায়বগুম হোৱেন.........।

উদয় :—ঐ নংঙুম্বা মী নত্তে। অদুগা করিগুম্বা যুবরাজগী লৈকম খংলম্বা থোক্লবসু নঙোন্দা যুবরাজগী লৈকম তাকথোকতুনা নংবু মালেশকী মনা মথুম কংহনবা অমদি ফমথোল হায়গৎহনবদি ওইথোক্তবনি।

খো :—মৈতৈ অঙম্বা—! চিল অমা পাল্লি হায়তুনা পিক্লবা নচিল অত্তুদা অচৌবা রা ঙাংগনু। লৈয়েং ফানা ফানা রা ঙাংঙু। ঐ অসে কনানো হায়বত্তু নং মশক খংদ্রা—?

উদয় :—খংঙি চপ চানা খংঙি। মালেশকী মনা-মথুম চাদুনা মালেশগী মীনাই ওইদুনা মালেশকী য়াথংগী মথাদা বীজাতিগী খোংউপ লেকতুনা নথরাই হি জরিবা মৈতৈ সুবদার অমনি হায়বা ঐ চপ চানা খংঙি।

খোঃ—করি—( হায়না উদয়গী খজাইদা থুপাংয়ক্লা থাবা ) উদয়না খোলচন্দ্রবু সুপকোন কোল্লগা লংথবা। মথবাক্তা ফমলগা রিবোলভর মুনবা। খোলচন্দ্রনা হুইশেল খোংবা। উদয় ফুক হোৌগৎপা। অরাপ্পদগী নোংমৈ কাপ্পা। নোংমৈ কাপলকপা মাবেদা খোলচন্দ্রবু থমলগা উদয়না নোংমৈ চিংদুনা খোলচন্দ্রগী মরুমদা লৈবা। )

উদয় :—সুবদার নথরাই মাংনিংদ্রবদি খোংকম অমত্তা লেংগনু। নংগী সিফাইশিং অসি নোংমৈ কাপ্পা লেপহল্ল। নত্রবদি...........।

( খোলস্ত্রনা হুইশেল খোংবা, খুৎ থাংগৎপা )
সিকাইশিং অসি মকম অসি তান্না কৌশিল্লু।
( হুইসেল খোংলগা খুৎ মথর্ক্তা লৈবা, লাম্মীশিং চং-
লকতুনা খোলস্ত্রগী মমাংদা কোঃখিন ভোত্নুা ইওক ওল্লা
লেপ্পা )

খে :—ভ'রো—অপ লুগু'কে হাঁটিয়ার শোরনে পয়েগা—। লাম্মী-
শিংনা খুৎলাই থাদোকতুনা লৈবাক্তা থম্বা। উদয়না
নোংমৈ চি'না চিংনা নোংমৈশিং অহু সুপকোন কোল্লি।
মশা কনবগী থৌরাং থাদোক্তে। নোক্লা নোক্লা ছুং
হল্লা চৎপা )।

উদয় :—সলাম সুবদার সাহেব ! হা… …হা…….হা………
( চংখিবা )

—লাইট—

## ১বা মতাং
### ২শুবা উৎপা

### হেংগা মুম।

(মুমগী নাকল অমদা লৈপল লৈবা মাইকৈদা ৭ নি পানবা থাজনা ভরং ভরং থোকলি। শুমাংদা বৃন্দা দেবী লৈ। হেমা ধূপ থাওমৈ পায়দুনা য়াম্না মথবাই হুংগাইভনা থোরকই। য়াম্না পুক্লিং চংনা ধূপ থাওমৈ কৎলি। খুরুম্মী। অতুনগী হৌগৎলগ। মাখোনগী উথোকভেম্বা ওাদুনা গাইহাক চিন্তা তৌই। জাতি চংলকপা উবদা)

হেমা ঃ—ইভা! নহাক উদয়গী মপাও তাবরা?

জাতি ঃ—থোইদোকপা তাদেনে ইভা! ঐস্মু নঙোন্দা হংগে হায়দুনা.........।

হেমা ঃ—ইতা থা ১।২ শুজিল্লক্লে মাগী ঙৈ-পাও ফংখিদবা......। মহাকপু মালেশকী মীনা ফাগদবগী কোক্তথি থিরিবসি মতম ফনা কুইরক্লে। মহাক্লা লোৎতুনা লৈরমগদবসি কদাইদনো? চীংদা মান্দা ওস্থোক্লা য়ানা লৈররিনিদকো! করম্বা হুমিৎ থাদা মহাক্লা অমুক্তং উনবা ফংগবা—! তাদদা মহাকী ময়া-মপাও হংলুবদসু কয়ি অমত্তা অরেপ্পা থংখিদরে।

জাতী ঃ—ইভা—! নংনা ফনা য়াদুনা কয়ি কান্নগদগে? বিধিনা চিংপ্রবা লৈই কনানস্মু মুৎথৎপা ওম্মোই। পুন্নমক নোংদম্বা মাগী নোংদমনি। ঐনা কয়ি হেন্না থংগনি। ঐনা কয়ি

হায়গনি। নংনা হেন্না খংলিবদুমগুাই। নংবু মানা কাও-
খোকতুনা চৎখিবসু নত্তে। মৈতৈ লৈমগী অরাবা কোকপা
ওমগত্রা হায়না মৈতৈ মচা অমা ওইবগী অন্না-অনা খংদনা
সুপা খোদাং হোৎনরিবনি। মসিদা নংনা করিগীদমক
ৱারিবা—?

হেমা :—করি হায়বা ইতা! ইরৈপাক পোক্লকম লমদমবু মালেশকী
মথুংগী কন্নবগীদমক মহাক্না সুপা খোদাং তৌবদা ঐনা
করিগীদমক্তা রাগনি। ঐ অসিসু মৈতৈ চনু অমনি।
ইরৈবাক পোক্লকম লমদমগী মিংচৎ ওাক্লবগীদমক ইশাগী
ওইজবা, কান্নবা পুন্নমক মোক্লা নোক্লা খাদোকপা ওম-
গনি। ঐনা রারিবদি অতোপ্পা রাখলগীদমক্তা রাবা
নত্তে। মানা নিংলিবা মাগী পুন্সিগী লাইনিং মৈতৈ লৈমগী
অরাবা কোকহনগে নিংলিবা মহাকী আশা অদো মপুং
ফাদনা লম্বখাঙ্গা মাংহনা করিগুম্বা মালেশনা ফাখিবা
খোক্লবদি পুন্নমক অরেম্বা তারে হায়না থনখিবদগী নতানা
মতম চুপ্পদা রাজবনিনে ইতা—!

জাতী :—অদুনবু ইতা! ঐনা হায়রিবসিনি। অরাবা রাখল থনবগী
মহুৎতা মহাকী রাইক মঙ্গোলগীদমক্তা ভাইবং মপুগী
মফমদা চংজো। শ্রীগোবিন্দবু মতম পুন্নমক্তা কাউগনু
মহুনা নং অমদি মাগী অকবা ওইগনি।

হেমা :—হায়সু হায়বনি ইতা—! মহাকুম্বা তুপা অমগী পুন্সিগী
লোয়নবী ওইজহুনা মৈতৈ লৈমগীদমক্তা অরাবা শরুক

য়াক্কবা ক'লবদি পোকপগী মহে য়াল্লেদক্কো ইতা ! অদুবু লাইবক চাওবী ঐগী লাইবক্তা বিধিনা করি হায়না ভল্লিগবা—।

জাতী :—ইতা—! ইতাগী পুকচেপ অদু লোইবী চৈংগী মতৌগুম লেপ্পীয় লাইজ ঈচেন্দা তাউথরকপী কাওশিংগুম লাইজা ইপোম্না য়ৈবদা মতমগী ঈচেন্দ'দ তাওথবিগনু। হুংশি হিদেন্দা হোংবিগন্ন—।

হেমা :—করি য়ানো ইতা ইবেম্মা। নতাগী থম্মোই লকাল্লু'দা অভৎপা লৈতনা ৈংহৌ কন্না চাক্লিবা অপাম হুংশিগী মৈচাক অসি মানজা মাগী হুংশি হিদেন্দা পুক্লিং অ'ন লোংদনা লুপচংরবতদা মৈচাক অসি মুৎকদবনিনে ইতা।

জাতী :—অদুদি ইতা—! ঐসু চৎলগে পাজিনা কৌরকলনি।

হেমা :—নত্তে ইতা ঐ অরুবা য়া অমা অমিদা হংখিগে। তোম্পোক্লা ঐখোয়গীদা চুম্ন কোয়রকপদা নত্তনা মাগী মরমদা ইত্তওতত্তনা ঐত্তোন্দা য়া হংত্তি। মীনা হায়নরিবা তোমপোকপু মালেশকী মী ওইরক্লে হায়রিবসি অচুম্বা—।

জাতী :—চুম্মী ঈত্ত—। পাজিনা অদুম্না হায়—। মানা উদয়গী মরমদসু অদুম্না রা হংলকপা ত্তৈরিখোইরে। হুংশিখিত্রেদা মাগী তোম্পোক হায়বন্দে। য়েংত্তোই ইতা—। লাক্লগা ফিদাগা থাক্লজু। থৌ রা শাদনা লৈখোকউ। মদুম হেক তৌত্রিবমখৈ মানা ঈকায়বা মাংশদবা লৈত্রে।

হেমা :—অহুবু ইভা মুংশিদে হায়ছুনমু ইপা-ইপু হাক্তকভগী চৎনরক্লবা মৈতৈগী চৎনবী কোবনিনা মী অমা লাক্লবদি কিদা থাবা হিদাক ঙাম্বক অমা হান্দুনা সেবা তৌবা হায়বসি তোকপা য়াদ্রেদো। নত্রবদি মীগী মীনোক চংঙক্লনিদো। ঐহাকথক্কীদমক্তা ঐবু পোকপা ইপাগী মায়থুমরগনিদো। খংদ্রেদা ইতা! য়াখ্রেদা। ( মতম'সিদা জাতীগী লেপানা )

জাতীপা :—( মপান্দগী ) মুপীমচা—। জাতী—। লাকওদনা করি তৌরিবগে ইবেম্মা—। চাক-ঈশিং থোংদোক্লরো। মতম অসি থেংজিল্লক্লে—।

জাতী :—ইভা! পাজিনা কৌরে। ঐ চৎলগে। হুয়েং অমুক কোইথোরকে। ( চৎখিবা )

হেমা :—চৎলো ইতা— !

( জাতি থোকখিবা হেমানা য়েংহুনা লৈহৌবা অহুদগী মনিংলোমদা থোক্লিবা থাজবা অমুক হুম্না য়েংলুরগা )

হেমা :—ঐ থরোগী থাজদি মাগী চান্নরবী থরোবু উজরসমু য়েংজরসমু হায়বগী মতাঙুম্না য়েক্না তিংখং লৈচিন-নোংফাই য়াওদনা মনিং তম্না নোংমদোন অভিয়াদা তক্ল তক্ল হুনও দোকলক্লি। অহুবু কদাই—! লাইবক চাওবী হেমাগী মুংশি থাজদি কদাই— ?

—ঈশৈ—

হা থাজ থানিন ইভারোই
অহিং লৈরাংশীদি চারবা
থাজ নংদি রাংনা থোকপনা
তাইবং শারাশনা উরিনি ॥
নুংশি মাগী লৈকম হারবিয়ু।
মানজা মাবু উবরা য়েংবিয়ু।
চাক্লে চাক্লে ঐগী থম্মোইসে
থাংগুমদরে নুংশি মৈচাকসে
মানজা মাবু উরবদি
তাইবং কনা তাহন্দনা
নুজাগী অরা মৈচাকসে
পাম্মু নাপ্পদা চিক্লা ভম্বীয় ॥

(ঈশৈ শকপা লোইরগা ঙাইহাক রাখল তৌদুনা লৈ-রিঙৈদা কিরুক-কিরাং থুস্বা উদয় লৈপন্দগী চোংশিল্লকপা। মদু উবদা শুমাংদা লেপ্পা হেমানা কিদুনা শিরি থাক কাথৎতুনা ইমুংদা চংগে তৌবা। উদয় প্রপ-প্রপ চং-শিন্দুনা হেমাগী থুদাং ভাপ পায়বা। হেমা লাওগে তৌবা। উদয় হেমাগী মচিন মেনবা—) — হো—।

উদয় ঃ—হেমা—! ঐনি—। (হেমা ইওক্ত ওকপা) হেমা—। করিগী ওক্লি—।

( ফিরুক হাংদোকপা ) হেমা ! কম্নিগী গুক্লি ; নং ঐগী উদয়নি। ( হেমানা উদয়দি হায়বা থংজল্লুনা )

হেমা :—ও... মতম তানজা অসিদা নং......................... ?

উদয় :—মানি ঐনি। ( খুজেং থাদোকপা )

হেমা :—অদুদি............... । ( ইমুংদা চংখিবা )

উদয় :—( গুক্না ) হেমা— !

( হেমানা মোত্তা অমা থারবা ) হেমা— ! কৌজিক যুবরাজ ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎসু থুপথ্রবনিনা মৈতৈ লৈমগীদমক চোংথোকপিরকদবা অকনবা লৈখিস্রে। ঐনা হৌজিক হোৎনখিবসে মৈতৈ লৈমগী অরাবসে মপুংফানা কোক-হুনবা গুমত্রবসু মৈতৈ ইংরেবাক পোক্কফম লমদমগী অরাবা শরুক থরদং য়াজগে থোরাংজরিবনি অদুবু শ্রীগোবিন্দনা করি হায়না ভমলিগবা !

হেমা :—ঐখোয়গী তাদসু যুবরাজ কোইরেংনা নোংগাখিডৈদগী করিনো রাথল অমা তৌগ্রে— !

উদয় :—হেমচন্দ্রবু— !

হেমা :—হো—, তাদনা নহাকপু অমুক্তং উনবা কংলবদি হায়দুনা মতম পুম্নমক্তা শোন্দুনতা লৈ।

উদয় :—পুম্নমক থংলে। অদুবু হেমা ! ঐখোয় মেৰকী মীনাই ওইরেদকো...................... ! নিংঙমদবা মৈনা চাক্লে থরাই অসি................. । করিগুম্বা নহাক লৈরম্লবদি নহাকী নশক অসি য়েংলগা তমখিরবা মীথা পোনবগী

মৈচাক্লা চাক্লবা ঐগী থম্মোই অসি থর থজিক ঈংথরা য়েংগে। পোথাবা ক্ষংগদরা হায়দুনা চংলকপনি। ঐ নৈকম থংদ্রে। খোনাও অসি ঞ্রক ঞ্রক কংথরে। ঈশিং থজিক্তা থক্কে—।

হেমা :—লৌথোকচরুখিগে— (ইমুংদা চংথিদুনা নিংথিরবা পাত্র অমদা ঈশিং পুথোরকদুনা উদয়দা পীবা)

উদয় :—পাজী নৈত্র — ? (ঈশিং লৌবা)

হেমা :—নৈতে চথোকখি (ঈশিং উদয়না থকপা)

উদয় :—নখোয়গী ভাদা হেমচন্দ্রদি কয়াম থাপ্না চথোকখিবনো ? ঙুসিং খুদিগী হুজ্জিল্লকপা মতম ওইত্রিবরা— ?

হেমা :—তাদগী হুজ্জিল্লকপা মতমদি অরেপ্পা নৈখিদরে। ঐনা হায়জরিবা অসিনি। যুবরাজ ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎনা নোঙ্গাখিউদগী তাদদি মশুং অমা তৌথরে মতম পুন্নমক্তা রাথল্লা ফিজেৎ ওইদুনা মৈতৈ নৈমা অসিবু মিথা পোন্দুনা অসুম্মক নৈরগদ্রা হায়না অণ্ডাওবগী মতৌগুম মচিন্দা মুকুম মুকুম শোন্দুনা অপুনবা রাথল অমদা লুপখ্রে। অহিং অনিসু হনজিল্লক্তে। করি তৌরবনো হায়বসু থংদে। হংঙি থুমদে হায় তাদে।

উদয় :—অত্তুদি হেমা—! নংসু উনরে। হৌজিক্তি ঐহাকসু চংলগে। কুইনা নৈখোকপা য়াবা মতাং থোকত্রে। অসুম্না ঐনা নখোয়গী অসিদা নৈবসি অউবা অথংবা য়াওখ্রগা

নখোয়ন্সু য়াওনা অরাবা ভাহুনা তোক্তনি। ঐ চৎলে।
( হেমা খুমদে য়েংহুনা লৈ )।

হেমা ঃ—অমুক্তা ঙাইবিখো—! ঐনা হৌজিক হায়জনিংবদি ঐহাক নহাকী নতুং ইনজরগনি। মীথা পোল্লবী পোক্লকম লমদম, মৈতৈ লৈমগী অরাবা কোক্লবা হোৎনবদা অরাবা কয়া থাংলিবা খুদোংথিবা কয়া নংলিবদো ঐন্সু মহুগী শরুক চপচানা য়াজগান। মসিনা ঐগী লেংদবা পুন্সীগী লাইনিং ওইরগান।

উদয় ঃ—নত্তে নত্তে হেমা—! নহাক হৌজিক ঐগা লোয়নহুনা চৎপা হায়বদো হায়গন্সু। ঐনা হৌজিক লাক্লিবসি শা-লাননি। নহাকপু পুহুনা চৎপা ঙম্বগী থৌরাং অহু ঐ তৌরক্তে। অহুনা নং ঐ চৎমিন্নবা য়াবগী মতম অহু থোক্তে। ঐনা ওইরিবা কিভম অসিদা নংনা ঐগী ইতুং ইন্নবদি খুদোংথিবা থোকপা য়াই—। অরাবা কয়া নংবা য়াই ( তোম্পোক রিবোলভর চিংনা চিংনা চংঙকপা )

তোম্পে ক্লা ;—হা, হা, হা·········( হেমানা উদয় থৎপা ) উদয় নথরায় মাংনিংগ্রবদি মাঙ থারো লাউ, নং মুপা অমনি—। মুপীগী মরুমদা থুপতুনা নথরাই হিংগে থৌরাংগন্সু। লাউ ; নিংথিনা হায়'রভৈদা মাঙ থাহুনা ইরেন্না চৎলু।

হেমা ঃ—নত্তে, নত্তে তোম্পোক। নহাক কিংগন্সু।

তোম্পোক ঃ—হেমা নংহাকসু খঙলিবা অহু মঙাই। ভারিবা অহু মঙাই। মহাক অসি ম্লেষ য়েক্লবনি, ম্লেষকী

য়েক্লবদি ঐগীস্সু য়েক্লবনি। অতুগীস্সু মথক্তা খুজিন্দা য়ুবা তুম্বু খুদোং চাবা ফংলবা ফাওবদা শত্তোক্তনা অসুম্মক থম্মগদ্রা ? উদয়, হৌজিক ফাওবা কল্লিগী লোৎতুনা লৈরি ?

উদয় :—তোম্প্যোক। নথুক্তা নোংমৈ মচা অমা পাল্লগা থোইনা অথোই নাপল কাগন্নু। নং অসিবু (চংশিনবা) মৈতৈ মচানিকো পুক্কীদনক্তা বীজাতী ম্লেষগী মীনাই ওইতুনা নৈরবাক নজাতীগী মাংনবা শিনবা মৈতৈ অমা ওইরগা মৈতৈ অমবু ফাবা লাক্লিবা অওকপা নংগী থম্মোয়নি। (উদয় চংশিল্লকপা হেমানা উদয়বু খাম্বা হোংনবা)

উদয় :—তোম্পোক—! নংগী ফাবা অমদি নংগী নোংমৈগী গুলিবু কিতুনা উদয়না চেনগনি হায়বদি থক খনগন্নু। মীনাইদি মতম পুম্নমক্তা মপুনা চান্নবা হোংনরগা নপুক থনগদবনি। লাও! মীনাইগী তোফম থোকপা তোতুনা নবুংডো ম্লেষকী য়াথং পাংথোকউ। ফাররো লাও। অদুবু নংনা ঐবু কাতুনা পুবদি ওইথোক্তবনি। নং হৌজিক খুৎলাই পায়বা ম্লেষকী মীনাই অমনি। কাপ্পু ঐগী থল্লাই য়াওদ্রবা হকচাং অতু নংগী নবুংঙো ম্লেষতা কৎপদি নং শোইদনা ওমগনি। কাপপু, কাপপু—। (হেমানা থৎপা উদয়না নোংমৈ মুনবা। তোম্পোক কিবা) হা-হা-হা তোম্পোক! ঐ নংবু হাৎপা ওম্মী। অদুবু নং অসি শাদগী হেন্না তোনবা মীশক অমা ওইরবস্সু ইমাগী ঈ চেল্লিবা মৈতৈ মচা অমনি। অতুনা নংগী

নথরাই কনবীগনি। মতুংদমু নং নত্তোমদা ঐবু ফাগে থৌরাংগনু। ঐবু ফাগে নিংলবদি বৃটিশকী মতিক চাবা সিফাই পুত্থনা লাকউ। চৎলু নংগী নবুংঙো য়েষতা ভম্মু। উদয়না খুত্তুগী খুৎলাই মূলহৌরে হায়না—

হা—হা—হা—

উদয় ;—চৎলু করি য়েংলি— ( তোম্পোক চৎখি। হেমা উদয় য়েংনবা )

—লাইট—

### ওশুবা উৎপা
### "লক্ষী—অক্ষুক"

( তোম্পোক্কা খিয়া পয়লা বারী শাত্থনা চংঙকপা )

তোম্পোক ঃ—মাগী মচা অহুবু খুড়া পয়লানা স্বর্গ য়েীনা থাঙ্গৎলবসু য়ারোইয়ে। ঐতনদি ময়াররোইয়ে। ওরাংগী ফুমিত্তা তোম্পোক ইমিৎমক্কা। ঐ পুমওন ওনগ্রে। দাই-থোকহনখ্রে।

পয়লা ঃ—করি তৌরবগেনে ইবুংঙো! ইনাও গুদাপ্প। পোকপ সুপী মচা অহুদি ফন-ফবগুম তৌবনিদা। ঐতা নত্তে, মী পুন্নমক্কা শোন্নরিবী অঙাংনিদা।

তোম্পোক ঃ—খুড়া পয়লা—তাও ঐ রা হায়গেসে, হেমা হান্নরিবী

মুপীমচাসে ঐনা কয়াগী মতিক মুংশিজবগে পামজবগে হায়বত্তুদি পুক্কচেল ভিংনা হায়রবদা মুজা মানা ঐখোইগী য়ুমদা লাকতুনা পাখং ঐগী সেবা তৌবগী মহুত্তা লাইবক থিবা পাখংনা নিঙোন মরানয়াইদা চৎতুনা লৈরক হায়বা ফাওবদা হায়ফাক্লিরৈঙেদা য়াগদবা তোম্পোক্লি। অসি য়েৌনা ঐনা মাবু মুংশিজরিবনি।

পয়লা :—বিষ্ণু, বিষ্ণু ওায়বদি য়াওং ইনবা ফাওবা ঙমগনি। অসি-নিদা ইবুংঙো!

তোম্পোক :—(নাকেং চেন্দুনা) অথবু'দ মাচুংনে অদুবু পাপ চেল্লবা চিল অসিনা অমুত্তগী মশকগুম্লবা অথুম্বা রাহৈ অদু পনজনিংদতুনা রাকোই শুতুনা কোইনা ফাংচরিবা অদুনি। খুড়াম্ম ইমাংনি ইতুংনি হায়বা থিবীগম্মু। অশেংবা হায়বীয়ু। ঐনা মাবু নিংলিবা অসিগুম্বা মনিপুর মম্না লৈবাক অসিদা মাবু কনানা নিংবীরিগবনো?

পয়লা :—মত্তুদি ময়েক্লা তাবা রানি। মাবু কনানা থওইনা তৌরিরমগদগে? ইবুংঙোনা মুংশিজমনবদগী কা হেন্না পংনিং নিংজরুবনি। নত্ত্রনে ইবুংঙো!

তোম্পোক :—হো মানিনে খুড়া! নিপা ঐনা নিংবীবগুম্না কনানম্মু মাগীদমক্তা মতম মাংবিরমগদগে?

পয়লা :—অদুবু হৌজিকপু কৈদৌরিবগে?

তোম্পোক :—ঐনা মাগীদমক্তা মতম মাংবা অমদি নিংবত্তু মানা ঐবু মুংশিবীদেনে খুড়া! মসিদা মানা মুংশিবিত্রবম্মু

মশিন্নি। উদয় মানা মুক্তা মাগী অরেপ্পনি হায়বা করম্বা অরেপ্পা লৈবগে ? অসিসু ঐনা হায়শিন্নব্রা ? ইবুংঙোসু থংবিরিবত্নমঙাই। উরিবত্নমঙাই। মুংশিনবী কয়া কায়নরি। মুংশিনদবা কয়া থুংনরি। পুন্নমক লাইবক্লা তম্বনি।

তোম্পোকঃ—অত্নবুদি চুম্মীনে। অত্নুদা খুড়া।

পয়লা:—অত্ন অদাগী ন্না লৈতে। পুক্সিগী অহান্বা শৈহৌদা হেক্কে নিংউবা লৈরাংত্ন হেক্তনা।

পায়লাঃ—চিন্দনা তোকপা হৌনদে। কুঠিগা য়েংনত্নুনা লোইরবা ন্না লোইনগদবদা ঙাইরবসিদা পাজিবু করম্না হায়দোকউ হায়গদগে ?

তোম্পোকঃ—চুম্মীনে খুড়া ! অত্নবু মাগা ঐগবু কয়ামুক পক্লে হায়বগে ?

পয়লাঃ—পক্লবগী হায়ক্লবদি ইবুংঙোনা হিংচাবা, অত্নগা মানা হিংচাবীনি। অত্নুনা মুপী অসি নাম্থোকহন্বা য়াদে। লোগদবনি ইবুংঙো।

তোম্পোকঃ—অত্নুদি খুড়া হেমাগী মপাদা ন্না থরা ঙসি হয়েংমক্ক চত্তুনা খুড়ানা হায়বিবা তারে।

পয়লাঃ—করি হায়য়ু হায়বগে ? ঙসি হয়েং নত্তে। হৌজিকমক চত্তুনা হায়ক্লগে।

তোম্পোক:—মীগী মচাদা থাজরবা নচা নিংঙোল অসি অমুম অমুম তৌই হায়ত্নুনা মপাদা হেক্ক হায়বিয়ু।

পয়না :—হেক্তা হায়গদবনি।

তোম্পোক :—খুড়ানা মতুবু হায়বীরুতুনা মপানা থরা চেকশিন-
বীরবদি ঐগী পুক্লিং অসি থরা লৈতাবা য়ারগনি।

পয়না:—মতু হায়বদগী হেন্দোকতুনা মপানা ময়ুমদগী খুবৈ নাম্মা অমা
ফাওবা হেন্দোকহন্দবা অমদি ময়ুমদা পাখং অমত্তা চংবা
য়াদনবা খুড়ানা শোয়দনা শিনগনি। করি অমত্তা চিংনগনু।
ঐ নংগী খুড়া পয়নানি।

তোম্পোক :—মতুদা থোক্লনবা শিন্বীয় খুড়া (ফুরিৎখাউদগী পৈশা
লৌথোকতুনা পীবা)।
সে খুড়া—! ঐগী হেমা শোয়হন্বীগনু। (পয়নানা লৌবা
ফিজিদা চেৎনা কিশিন্বা) খুড়া কামগী শুঙ্কাৎনবগী মশক
ওইরবা মুক্তা মাগী থোইরুম্‌ মোমোন্বা চিন্বান্দগী থোরকপা
মুংশি য়ারা অমুবু করম্বা গুমিৎ থাদা পাপ চেল্লবা নাকোং
অসিনা তাক্লবা ফংগবা—!

পয়না :—তারক্কনি ইবুংঙো তারকনি।

তোম্পোক :—লক্ষ্মীগী মশক ওইরবী শানৌ মাগী খম্বৌ হেরা-
গুল্লবা পুন্সুম্বী পাম্বোমগী খাওদল মানবী থুত্তা অচুনা
থোংবা তরা লু-কোইচুবু করম্বা থেনফমদা পাপ চেল্লবা
ঐগী থয়াত্তা তারক্কবা।

পয়না :—তারক্কনি ইবুংঙো তারক্কনি। ঙাইবদা কল্লু।

তোম্পোক :—অদুদি খুড়াসু ঐনা হায়জবতু পাংথোকপীরুম্লো।
ঐসু চৎচরগে।

অথিবা রা হায়রবস্ন ঐনা করি অমত্তা শাউজবা ভমজদে।
মরমদি ঐনা মাবু থরাই হকচাং য়াওনা স্নুংশিজেনে।

পয়লা—অতুনিদনা ইবুংঙো! স্নুংশিবগী অয়োইবা থাক য়েরে।
মথা হায়থৌ ইবুংঙো! নংগী অসিগুম্বা রাধা কৃষ্ণগী নামা-
মৃতগী মশক ওইরবা শাবী শানৌশিংগী প্রেমগী রস
অসি ভারগা থুড়াম্নু নহা অতু ওইরকপ্রা য়েংগে।

তোম্পোক—করি অমুক হায়খিশিগে থুড়া! মানা অদুকী মভিক
খিনা চৈরগা, শাউরগা ঐনা মাবু খোইনা হেন্না স্নুংশি-
জেদো। মৈচাক অসি অহোইননা চাকপা হেলশিবনিদো।

পয়লা—আঃ - মতাং অত্রদি ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী দেহী পদ্দ পল্লব
মুদারম হায়বা মতাং অতুনিদো। ইবুংঙো মথা লিথরো।

তোম্পোক—অতুনা মহাক অসি স্নু'শি স্নু'ওনগী রাখল চংদবী
পুকচেন শেপ্তবী অশেংবী স্নুরা চস্নুরা ওইরমগত্রা থনজন্তুনা
অহল রাখলনা য়াথং য়ানতুনা পুন্সিগী লোইনবী ওইজগে
থনজত্তুনা খুড়া-খোই খ্বাইগী নক্ষমদা থুপচরিবনিদো।
অতুবু থুড়া (রা মথাতাদনা)

পয়লাঃ—কৈদৌরবা ইবুংঙো?

তোম্পোকঃ—মকোক্তা শম হৌরবদি লায়রুপ্ন হায়বদো ওস্থোক্লা
চুমথেদ্রা থুড়া? ঐনা অতুক স্নুংশিজপ্রবদা, ইমাংমক্তদা
মাগী মহাচণ্ডাল উদয় হায়বত্নুনা শানৌমাগা স্নুংশি রান্নি
পন্দোম লোম্নথে। অতুনা হৌজিক্তি থুড়ানা পংহাই

হায়বীদুনসু ঐনা য়াজগদবা লৈত্রে। ইমিৎমক্তা উরবা ইনামক্তা তারবাসিদদি মাবু ঐ অমুক লোজনিংত্রে। খুড়ানা সুংশিবীত্নুনা ঐখোইগী পাজদা রা লোইনবীরুজু। খুড়া হায়বীয়্র। খুড়াগী নমথাং অমা লৈজগে।

পয়লাঃ—ইবুংঙোনা মাবু সুংশি সুংশি হায়না তাকপিবসিদি সুংশিবা লম য়েৌরমত্রেদনা।

তোম্পোকঃ—করম্না খুড়া!

পয়লাঃ—ইবুংঙোনা মাবু তশেংনা সুংশিবিরম্লবদি অত্নুম তাকপীরম্মোইদবনি। পাৎকৈঙদা হয়িংচসু নোনজো হায়বগুম্লদনা অক্ত-ক্ষত্ত পুম্নমক তাশিন উশিন্নদনা অনম তান্নদুনা হান্না ইখুং চন্নবা হোৎনগদবনি। ভিংথং কিরবদি থম্বাল হেকপা ওম্বা হোনদে। সুংশিবা য়োদবনা ইবুংঙোনা নিংহন্নবা নত্রাদে।

তোম্পোকঃ—খুড়া মাদু হায়গদুনে। ঐনা মাবু কয়াগী মতিক সুংশিজবগে হায়বদু ঐগী থম্মোই অসি শেগাক শেপাইদুনা উৎপা য়ারবদি ওসাইনা উৎলমগদবনি। হনুমানগী থম্মোইদা সীতা-রাম লৈবগুম তোম্পোকী থম্মোই মন্দিরদা ঐগী ইবেম্ম হেমানা মতম পুম্নমক্তা ঙাস্থোইরিবনি। অদুদা মানদি উদয়্রগা ইমাংমক্তদা।

পয়লাঃ—অদুবু করি তৌই হায়বগেনে ইবুংঙো মত্নুদা করি অমাংবা লৈ। ক্ষনেক খোইগা শেৎলিঙৈ কুমলং নাদা য়াম্লিঙৈ নিঙোন্না মপামদা লৈরিঙৈ হায়বসিদি ভারাথোক্না থনবা

পয়লা :—লেংঙো, লেংঙো অদু ইবুংঙো, অমুক্তা………।

তোম্পোক :—করিনো খুড়া—।

পয়লা :—ইবুংঙোগী লম্বীদা অপনবা ওইরিবা উদয়যু উনবা ফংলবমক্তদা মহাকপু কাহৌদ্রিবা করিগীনো ?

তোম্পোক :—খুড়া এ ! অদুক হাক্লা পংবা মী নত্তে। ঐসু ঙরাং লেম্না থারোই তৌবনি। অদুবু ওস্থোকপা ভানকয়ি। মা ঐগী মরক্তা হেমা লৈখিবনা ঐহাক পাঙ্গল থোকপা ইয়া য়াখিদরে। হেমাগী ময়মদা থেংনবনা মহাক্কী মরাইবক কথিবনি। নৎলমদ্রবদি খংঙমগদবনি। হেমাগী রা অসি মলেশগী মমাংদা পুথোকপসু য়াবা নত্তেদো। ম'সদা ঐদি য়াম্না রারবনি। সুং অনিগী মরক্তা হা ওইরবনি। (মতম খোলন্দ্র সুবদারনা চিংবা সিফাই থরা চংলকই। তোম্পোক অমদি থিয়া পয়লা সলাম তৌবা, খোলন্দ্রা ওকপা)

খোলন্দ্রা :—জমান্দর সাহেবকা ভাদা পয়লাগা করি রারি শাবিরমলিবনো ? লৈগাক্কী ঈ-পাউগী মরমদরা ?

তোম্পোক :—নচ্চদে সুবেদার সাহেব ? ঐখোই ইমুং-মচুংগী করিগুম্বা রারি অমা শাজরম্বনি।

খোলন্দ্রা :—ও-ভাদা পয়লা ! ভাদদি খংবীরম্বা য়াই। ভাবিরম্বা য়াই। লৈপাক প্রজাগী ঈচল করিনো ?

পয়লা :—ঐনা করি খংগবি সুবেদার সাহেব। অদুগা মৈতৈনা

ফনা ঈগুল হল্লক্লুনস্থ সুবেদারখোয়গী বোম, তোপকা মমাংদা মখোয়না করি তোরকপা ঙমগনি।

পয়লা :—অদুগা ঐনা সুবেদার সাহেবকী মফমদা করি অমুক তমজগনি। সুবেদারনা হেন্না খংবীরিবা অতু মঙাই মৈতৈ অঙম্বা উদয়না য়াম্না থুনা আন্দলোন অমা হোরক্কদৌরি।

খোলন্দ্রা :—উমঃ চুমহই—উদয় মহাকপু ফানবা হোৎনরকপদা ঙসি ফাওবদা ফাবা ঙমদ্রি।

পয়লা :—অদুদি সুবেদার সাহেব ? ঐ হানজরম্লগে। ইবুংঙো তোম্পোক খুড়া চৎলে।

তোম্পোক :—ফগান লেংবীরো। (পয়লা চৎখিবা)

খোলন্দ্রা :—ঙরাং হুমিদাং উদয়বু তাম্নগনি হায়দুনা সিফাই খরা পুদুনা চৎখিবা অদু অদুম্মক তাম্লবা ফংখিদ্রবরা ?

তো :—নোংমাইজিং চীংখোঙদা মখোইগা ঐখোইগা নোংমৈ খরা কাপনৈ। মহাকী মরাইবক ফখিবনা অমদি মচেং খরা লৈখিবনা অদুম্মক নাম্থোকখ্রে।

খো :—ফরে ঙসিদি করম্বা অনৌবা পাউ ফংলে।

তো :—ঙসি অয়ুক অঙন্বদা ঐগী মী অমা লাক্লুনা অরোম্বা পাউ অমা পীরম্মী। অদুবু চুমগদ্রা চুমমোইদ্রা হায়বদি অরেপ্পা খংদ্রি ! মতুগী অরেপ্পা খংনবা মী অমা থাদ্রি।

খো :—করম্বা পাউনো ?

তো :—ঙরাং হুমিদাং ঙারিয়াল চীংদা মী খরদি তিতৈম্নে হায়।

ঙসিস্থ তিন্নবা য়াই হায়না পাউ পীরবনি। তাংদাংবা অমা খঙলগা··· ···।

খো ঃ—অদুদি মতম মাঙহন্বগী কান্নবা লৈতে। হৌজিক অরেপ্পা অমা খংনবা হোৎনরু। উদয় মহাকপু থুনমক ফাজিন্দ্রবদি লৈপাক অসি ইংবা য়াররোই। চৎলু সুবেদার সাহেব।

তো ঃ—ফগনি সুবেদার সাহেব।

( সলাম তৌবা খোলন্দ্রা ওকপা )

—লাইট—

## ৪শুবা উৎপা

## ঙারিয়াল চীংহয়া

( উদয় নোংমৈনা মখোঙদা পান্দুনা চৎপা ঙমদবগী মওংদা ফমদুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা চন্দ্রহাস চংলকই। )

উদয় ঃ—চন্দ্রহাস! নংহাক লাকপা করেদা। ঐ নখোয় কনাগুম্বা অমগা য়াম্না উন্ননিংনা খোরাংনা ঙাইহুনা লৈরম্মিবনি।

চন্দ্রহাস ঃ—করি তৌরবগে অথোবা ?

উদয় ঃ—নহাল নোংমাইজিং চীংখোংদা মালেশকী সিফাইগা নোংমৈ কাপনবদা ঐগী হৈফগল অসিদা নোংমৈ গুলিনা পালখ্রে।

চন্দ্র :—করি হায়বা অখোবা ? নোংমৈ গুলিনা পাক্প্রবা !

( চংশিন্দুনা য়েংবা )

উদয় ঃ—পানগ্রে। থরা শাথিনা শোকখ্রে। ঐ হৌগৎতুনা চৎপা ঙমদ্রে। ঐ য়াম্না য়ারে। ঙসি নিনি শুরে। করি অমত্তা চা-থক্কনা নারক জঙ্গল অসিদা ঐসা লোত্তুনা থাঙলক্লিবা নো মৈগী চৈনাখোম্না চরা হেল্লকপগী মৈচাক্লে, খোনাউ অসি থুক. থুক কংগ্রে। হান্না ঈশিং থজিক্কং পীথকখো। অনকপা লোক অসিরাইদগী থুনা ঈশিং থজিক্কা লোরুখো।

চন্দ্র ঃ—ফনি। ( চন্দ্রহাস থুনা য়াংনা চৎখিত্নুা পাত্র অমদা ঈশিং পুরক্কুনা অমুক থুনা য়াংনা চংলক্কুনা উদয়দা ঈশিং অদু পিথকই।) ওক্লত্রা অখোবা।

উদয় ঃ—ওক্লে চন্দ্রহাস—। গুলিনা পানখিবা মফম অসি নিংথিনা লাইয়েংহৌত্রবদি পুমথরক্কুনা য়াম্না শাথিনা শোকখিবা ওারে। অদুনা নংনা কেপা-উপায় অমা তৌদুনা কনাগুম্বা থঙনা চান্নবা অমগী য়ুমদা ঐবু অমুক্তা পুসিনবীয়্। ঐ ইতোমতগী পাঙ্গলনা লম থাপ্না চৎপা ঙমদ্রে। নং য়াম্না য়ারগত্রা ?

চন্দ্রঃ—করি য়ানো অখোবা, থঙদত্নুা তৌজবনি। থঙলবদি ওয়াংনা লাকতুনা অখোববু ঐখোয় ময়াম চংদুনা লৌজরগদবনি। অদুবু ঐখোয় ময়াম নত্রবস্ত ইতোমত্তা ওইরবসু

অথৌববু পোত্থনা থুল্লক তান্না পুক্নগনি। করিমত্তা চিংনবীগদ্নু।

উদয়ঃ—অত্তুদি চন্দ্রহাস। চৎনবা তৌরসি।

চন্দ্রহাসঃ—কনানো ?

উদয়ঃ—করি চন্দ্রহাস! মলেমকী মী লাকপ্রা ?

চন্দ্রঃ—অথৌবা! ঐথোইগী সেনাহল ওইরমলে।

উদয়ঃ—ঐদি কাওম অসিদা সুংশাথিরক্রেদা। অত্তুদি হৌজিক সেনাহলসু লাক্লবনিনা নথোয় অনিনা ইনাক্তা লৈরবদি ঐগী পাঙ্গল থন্না কনথৎলে। (সেনাহল কিংনা চংলকপা)

উদয়ঃ—সেনাহল! নংসু লাক্লব্রা—?

সেনাহলঃ—অত্তুবু অথৌবা! মকম অসিরাইদা কুইনা লৈথোকপা য়াবগী মওম নত্রে।

চন্দ্রঃ—করি তৌরবগে ?

সেনাহলঃ—তোম্পোক জমান্দরনা লুচিংত্তুনা মলেমকী সিফাই কাংলুপ অমা মায়কৈ অপোমদা লাকহৌরে। থুনা য়াংনা চীংথক্তা হায়রগৎহৌবা নত্রগা মকম অমদা চৎথোকহৌনবা তৌরুশি। থন্না থিন্থরবদি মথোয় য়ৌন্নকপনা হাল্লগনি।

উদয়ঃ—হা হা হা। অত্তুব্ সেনাহল ঐগী ফিত্তম অসিদা নথোয়গী কুংইম্বদা থন্না য়ানা থোকপতারে। নথোয়গী লম্বীদা থুন্নো থাংবা থোক্লগনি।

সেনাহলঃ—করি তৌরবগে ?

উদয়ঃ—য়েংউ (অনাবা উৎপা)

সেনাঃ—ইস—।

চন্দ্রহাসঃ—অথোবা—! করি অমত্তা চিংনবি গনু। সেনাহলগা ঐখোয় অনিনা যেগা উপায় তৌদুনা অথোববু থিদোক্লবা তৌজগনি।

সেনাহলঃ—অছুদি ১৩নবা তৌরসি। মলেংগী সিকাই য়োম্লকপনা হাম্বা তারে।

উদয়ঃ—নত্তে, নত্তে চন্দ্রহাস! নখোয় অনি মক্কম অসিদগী থুনা মাংনা চংখ্রো। ঐবু হাকুম্নবদগী নখোয়গু য়াওনা মলেংনা ফাখ্রগনি, নখোয় অনি চংলো।

চন্দ্রাঃ—করি হায়নো অথোবা! অসিগুম্বা ফিভম অসিদা ঐভম অসিদা মক্কম অসিদা অথোবা মত্তোঙবতা থনম্লে হাইরগা ঐখোয়বু কদায়দা চংলো তাকপীরিবনো? ইমা মৈতৈ লৈমগীদমক্তনি শিবা তারবস্তু অথোবা নতুং ইন্দুনা মৌক্লা খোক্ত থরাই অসি থাদোক্ন মলেংনা ফাবা কিতুনা অথোববু থন মু ছ য়বগা ঐখোয় চংপা ওমজরোই।

সেনাঃ—অচুম্বনি মতুদি ওইখোক্লব ন মলেংনা যুবরাজ টিকেন্দ্র-জিৎপু যান্নগী লৈমনা তোকখিদে। অহুণ্ডমতুনা অথোবা নংহ কঙ্গু......।

উদয়ঃ—নত্তে সেনাহল! নং ঐনা উদবা থুজিনগী নায়ুববু খঙবা হোনব্রা। পুম্নমক শ্রীগোবিন্দগী ইচ্ছা ওক্তনি। অদুবু ঐগী হোক্লক ওইরিবা ফিভম অসিনা ইমাগী সেবাদগু পাংথোকপগু ওমদা ঐবু কম্লবা হোংইনবরা

নখোয়সু য়াওনা কাথিবা থোকনবদি মৈতৈ লৈমগী অমাংবা নত্রবনে ?

চন্দ্রহাসঃ—নত্তে, মীয়াম লাকপগী মীনিল অমা তাগে ! অথোবা ! ঐখোয়না হায়রিবা য়াবা য়। ঐখোয়গীদমক্তা থনবীগনি। চংলবা তৌরসি।

উদয়ঃ—নখোয়গীদমক্তা থনবা নত্তেবনে। মৈতৈ লৈমগীদমক্তনিবে। নখোয়না মৈতৈ লৈমবু তুংশি হায়বসি কদায়দা তুংশিরিবনো ? মীনম্বনি। ঐ অমা কাথিবস্তু কদায়নো হায়রগা ঐখোয় অহুম্মক পুল্লগা কাগল্লসি হায়রা ? অহুগী শরুক-পুদি ঐ অমা কাথবস্তু লৈহৌরিবা নখোয় থরনা-লুচিংহুনা ইমাগী সেবাদা নথরাই খুবাক্তা হাপুনা ভগ্নে মলৈমশিংবু মণিপুর সনা লৈপাক্কী রাংথদা তাহোক্লবা হোৎনগদবনি। ভমদবা থোক্লে ইমাগীদমক্তনি, লানফমদা নথরাই নোক্না, নোক্না থাদোকনি হায়না ঐনা শ্রীগোবিন্দবু সাক্কী থমহুনা ঐগী মাঙদা রাশকউ; মহু ওইরবদি ঐনা পুন্সিমগী কৈশুমশংদা লৈথিবা তারবস্তু অমদি থরায় থাবা তারবস্তু পুক্লুং অসি লৈতাবা ফংলগনি। রাশকউ, ঐগী মাঙদা রাশকউ।

চন্দ্রহাসঃ—চুম্মী অথোবা মহগীদমক্তা চিংনবীরবদি মৈতৈ লৈমা মৈতৈ ইমাগীদমক মলেমকা মায়রোং য়াবদা খোঙকম অমতং তুংহনগে থনগ্রবদি শ্রীগোবিন্দনা শাক্কী ওইসনু করিগুম্বা মসিদা ভুংহনগে থনথুরদি মপোক মপোক

খুজিংদা তাইবং মীওইনা পোকথ্রোই। অছুবু অথৌবা নংহাকপুন্নু অরাকমদগী লৌথোক্কবা হোৎনগনি। মসিনা ঐগী লেংত্রবা রাশ'ক্ক।

উদয়ঃ—সুংগাইরে মছুভনি ঐনা পামজবা চৎলো নথোয় অনি থুনা চৎলো (চন্দ্রহাস,সেনাহল থোকথিবা তাইহাক লৈরগা খোলত্রো সুবেদার অমসুং সিফাই খরা চংলকই।)

খোলত্রাঃ— চেল্লবদি অয়েম্বদা নথরাই মাঙহ্নবা তোকনি।

( খোলত্রগী ইঙ্গিৎতগী সিকাইনা উদয় কাবা )

খোঃ—হা হা হা। মতম কুইনগী শিকার ওসিদি ইথুং চল্লেদো

উদয়ঃ—সুবেদার, রানা তাইরম্লেদা! অছুবু অরাবদি ঐবু দোল্লাইনা পুত্তুনা চৎপা তাই।

খোঃ—দোল্লাই। হা হা হা......দোল্লাই! হা হা হা........

সাহেবকী য়েক্লবনা দোল্লাইদা হা হা হা।

উদয়ঃ—সুবেদার য়েংউ থাজত্রগা। ( খোলত্রনা য়েংলগা )

খোঃ—বহাদুর ছেত্রুচয়।

—লাইট—

# ৫শুবা উৎগা

## হেমাগী ষুম

( হেমা মথরাই ঙুংঙাইতনা উখোকতেন্দা ভাহুনা চিন্তা তৌহুনা লৈ। মতম অসিদা হেমচন্দ্র য়াম্না মথরাই ঙুংঙাইতনা চংলকই। )

হেমা :—ভাদা—! ( হেমচন্দ্র খুমদে, ইমুংদা চংগে তৌই ) ভাদা—!

হেমচন্দ্র :—ক'রনো—?

হেমা :—তাদা উদয়গী বিচারগী রারেপপু—! করি হায়রনা তারবগে —?

হেম :—মহাক অরাফমদা তাখ্রে—।

হেমা :—অরাফমদ —! করম্বা অরাফমদা—!

হেম :—মহাক্তি পুন্সীচুপ্পা কৈশুমশংদা লৈবা তাখ্রে—।

হেমা :—মপুন্সীচুপ্পা কৈশুমশঙদা—!

হেম :—মা'ম্না। মতুংমু ইরৈবাক অসিদা নক্তে। মীরৈবাক্তনি। মহাকপু জিলা খ'রজ তৌবা তাখ্রে—!

হেমা :—জিলা খরিজ—!

হেম :—ঙসিদি জিলা খরিজ তৌবগী অরেপ্পা মুমিৎতি খংহনখিদ্রে। ঙ'সদগী হাপ্তা অমা লৈরগা অরেপ্পা মুমিৎ লৈউথেক্কনি। জিলা খরিজ তৌবদি শোয়েন্দ্রে। মুমিৎ অহুদ মহাকপু মখোং মখুৎ য়োৎহুলং চন্দুনা মা সমজাও সরক্তা,

লৈরক খুল্লক খুদিংদা পুড়ুনা চৎলগা স্না কৈথেন্দা পাং তিংদুনা সুমিৎ চুপ্পা ফুগনি হায়দুনা ওসি বিচারগী রারেপ অসুম্না তাখে—।

হেমা :—ওসি বিচারগী রারেপ অদুমক তাখ্রবা ! অদুদি তাদা ! তাদখোয়না হৌজিক ফাওবা নিংঙাইদন লৈথোকপি'রবদি করিগীনো ? মহাক্রুম্বা সুপা অমনা অদুগুম্বা অরাকমদা তারবা ফাওবদা, হৌজিক ফাওবা তাদখোয় মৈতৈ মচা পুম্বনা করিগীদমক তুমিন তুমিন্না লৈথোকপিরিবনো—? করিসু লৈত্রবী পংলবী সুপীজা ওইবী ঐনা খঙবা ফাওবদা মহাক্রুম্বা সুপা অমনা মাঙখিবা তারবদি মৈতৈ লৈবাকী অমাঙবনি হায়না খল্লি।

হেম :—হে—মা —।

হেমা :—অচুম্বনি তাদা—। ঐনা হায়জরিবসি, মহাক্রুম্বা মৈতৈ লৈমবু ফুংশিবিবা মচিন তোংবা, পুকচেল চাউবা মৈতৈ মচা মহাক অমনা মরম্নাই ওইনা অসুম্মক মাঙখিবা তার-বদি মতুংদা মৈতৈ মচা কনানা ইমাগীদমক চোংথোক-পিরক্কনি। অসুম্না ইমাবু সুংশিবিবা মৈতৈ লৈমগী মচানা মথং মথং মাঙখ্রবদি মৈতৈ লৈবাকী কয়াদা অমাঙবনো—?

হেম :—চুম্মী সুপীমচা। নংনা হায়রিবা রাকম অদু ইবুংসু খল্লিবনি। করম্বা পাম্বৈনা করম্বা লোশিংনা মহাকপু কনগদগে হায়বদো ইবুংসু খল্লিবনি।

হেমা :—হৌজিক খন্নবা মতম নত্তে। খন্নবগী মতম লৈত্রবনি। খন্নরিভৈদা মৈতৈগী অকল-অথৌ কয়া কয়ানা মিৎনা উনা ২ মালেশকী খয়াত্তা তাখ্রবা! ঙায়োক চকুদগী ঙা ফাবগুম, মালেশ মথোয়না মৈতৈ অকল-অথৌশিংবু অমমমতা ওইনা মাঙহল্লবা অসিদা মৈতৈ এথোয়না অসুম তুমিন্না য়েংহ্নুনা মহোয়না তৌবা থবক্তা মনিং তম্না থাদোক্লবদি মৈতৈ এথোয়বু মালেশনা করিস্নু ওইদনা থনখিবা তারে। থোইনা হেন্না অথোই নাপল কাখ্রগনি। উদয়, মহাক্কুগী রা নত্তে। মৈতৈ লৈমগীদমক্তনি খন্দুনা মৈতৈগী শুপা শুপী খাক্তনা মালেশ মথোয়না তৌবা থবক্তা খিংনবা হোৎনদবা য়াদে। পাঙ্গলনা খঙদে লৌশিংনা খঙদে উদয়বু অয়াক্ষমদগী কন্দুনা মালেশকী মচু থুদেকহোদবা য়াদে।

হেম :—কম্নিংই—! মৈতৈ লৈবাক অসিদা উদয়বু কম্নিংদবা কনা অমতা লৈরোই। অহুবু শুপীমচা—! এথোয় অমমমত্তা চংলুরবদি হন্না হন্না মালেশকী মথুৎতা মাইখিরগনি। থন্দুনা য়েংঙু, পিক্লবা রাশ মচা অহুনা মপুন ফাখ্রবদি থুদেকপা য়াবনি। অহুনা শোল্লবা মৈতৈ এথোয়না পুকচেল অমত্তা ওইনা পুল্লবতদা মালেশকা মাইয়োক্লনা লাম্বা ভৌনবা য়াগদবনি।

হেমা :—হৌজিক্তি পুন্দ্রি। লিংজেল মান্নত্রি অহুনা উদয়বু কনবা ঙম্মোই অসিরা? কৈ মৈতৈ লৈমগী মচাশুপা পুন্নমক

মী পূনবা ঙাইদুনা মীখোমদুনা লৈবিহোঁ। ঐখোয়না চংগনি। ঐখোয়স্তু মীনি। স্থুপীমক ওইরবস্তু মৈতৈ লৈমগী অরাবা কোক্লবগীদমক্তা মৈতৈ স্থুজা ঐখোয় পুম্নমক্তা খ্বাংদা খ্বাংজেৎ লাক্তুনা, খোঞ্জেল অমতদা লাউরুসি ফাজসন্থ মখোয়না হন্না হন্না মৈতৈ স্থুপী অস্থুক য়াম্বসিবু মখোয়না ফাবা ঙমগদ্রা ? হাঙোকপা ঙমগদ্রা ? ঐ হৌজিকমক চৎকনি। চৎকনি ঐস্থু মৈতৈ চন্নুশিংগী লুচিংবী অমা ওইগনি।

হেম :—হেমা—! স্থুপীমচা ! ( ফাবা ) নংনা শিনগদৌরিবা খুজিল অদু মালেশপু মাইথিবা পীবা নত্তে। মৈতৈ স্থুপা নবুং নৌপ্বাশিংবু মালেশকী মফমদা য়োম্থোক্পনি। নংনা হায়রিবা থবক অদু স্থুপাগী মথৌনি স্থুপীগী মথৌ নত্তে।

হেমা :—স্থুপীগী মথৌ নত্তে হায়বা ? চুম্মী স্থুপাগী মথৌনি হায়না লাইথোকপদগী কোইরেং যুবরাজ, থঙাল মেজর, মৈতৈগী মাই ওইদুনা লৈজরম্বা মখোয় পুম্নমকপু মাঙহনখিবা নত্রা ? থংনা ২ উনা ২ হৌজিক উদয়বু মাঙহনবা........। ঙম্মোই ভাদা ! নখোয় স্থুপা ওইবনা করিগীদমক্তা স্থুপী ঐখোয়বু স্থুংশিনবিদবগে—? থাজবিদবগে—? মৈতৈগী য়ুমথোং থুদিং শুরক্তুদোরে। মপুরোইবা কায়নরবা স্থুপী কয়া, মপা কায়নরবা মচা কয়া, মবুং কয়া কায়নবগী মচন কয়াগী মীকপথোন, অসিগুম্বা মীকপথোন অসি ভানা ভানা হৌজিক ফাওবা মৈতৈ স্থুপা পুম্বনা তুমিন্না

লৈখোকপিরি। ঐ লোইনা খণ্ডজরে। মৈতৈ মুপা পুন্নমক মখোং তেকপা, মনা পংবা মমিৎ তাংবনি হায়বদা করি অমতা চিংনক্ষম লৈতে। ঐবু থাদোকপিয়ু। মুংলি ২ চাকপা মৈদা ঘি হৈজিল্লগা মৈ চাকন্ন হায়বদি ওই-খোক্তবনি। তাদা! ঐবু থাদোকউ। ঐবু থাদোকউ।

হেম:—মুপীমচা! ইবুংগী রাসি অমুক্কা তাখো। লৈঙুম খোংলবা নংগী থমোই অত্তুদা শারবা য়োং মহিগুম্বা ঈ চেন্থক্লবদি খাংঙমদ্রবা মৈচাক্ক চাকন। য়েংনংলবদ য়েংউ, ঐখোয় মুপানা কর তৌবা ওম্বগে হায়বত্তু নমিৎ পিৎনা য়েংঙু—(চংখিবা)

হেম:—চোংশিনবিয়ু! ২! মালেশ মখোয়না করি তৌবা ওম্বগে য়েংশি। মুপী ঐখোয়স্ন হৌজিক্তি তুমল্লা লৈখোকপা ওম্বরোই। ইচেম, ইনেম, ইচিল-ইনাও পুন্নমক খুংদা খুংজেৎ লাকতুনা হৌরসি। কর দমক্কা হৌজক ফাওবা তুমিন্ন লৈবরি? হোরো ইতাশ! করগী দমক্কা হৌজক ফওব তুমত্তুনা লৈরি? লাও ঐগী ভুং ইনবীয়ু। চসিদগী হৌদুনা হেমা মৈতৈ মুপীগী লুচিংবী অমা ওইরবনি।

—লাইট—

# ৬শুবা উৎগা

## লম্ফী

( সিফাই ১ হোবিলদার অমগা থোবকই। নোটিশ থেৎফম কোইয়েং য়েংলগা )

হোবিলদার :—দেখো ভায়—! এ গাসকে থুরে উপর এ নোটিশকা লাগা দে।

( সিফাই অতুদা থুদোম্বী থিন্দুনা তাকই। সিফাই অতুনা থেৎপা চৎখিব ৱাইৎাক লৈরগা নাকল অমরোমদা হেমচন্দ্র, সেনাহল, চন্দ্রহাস য়ারী শাতুনা থোরকই।)

,হম :—সিলোট মচা খোলন্দ্র সুবদার হায়বা অসিনা তৌরিবা আত্যাচার অসিবু ঐখোয়বু করম তৌশি হায়বগে? ঐখোয়গী লাইগুম্না থমজরবা কোইরেং অমদি থঙ্গাল মেঞ্জর অনিবু মহাক্কী মশাগীদা য়েংতুনা মহাক্কী মক্ষম চাউনবা হোৎনবদা ফাঁসি তৌহনখে।

সেনাহল :—অতুদসু পেন্দ্রদুনা বিজাতী মালেশতা হায়জন্দুনা নরাল লৈজত্রবা পুকচেল চাউরবা উদয়বু ফাবিখে। মৈতৈ মচা ঐখোয়না হায়জবা করি অমত্তা ভাবিখিদ্রে। হৌজিক ঐখোয়বু অসুম তাতুনা য়েংতুনা লৈরসিরা?

চন্দ্রহাস :—করিগী তুমিন্না লৈখোকদগে ঐখোইনা লাইখোক্লিদ্রে। টিকেন্দ্রজীৎ যুবরাজ ১দি থাঙ্গাল মেঞ্জর অনিসু ফাঁসী

তৌগ্রিবনি। হৌজিকস্থ ঐখোয়না অসুম লাইথোকতুনা লৈরবদি পুকচেল চাউরবা উদয়বুস্থ শোয়দনা মাগুহনখি-গদবনি। অতুনা মৈতৈ ঐখোয়গী ইরৈাকপু সুংশিবীবা ইচিল-ইনাও পুন্নমক হৌতুনা উদয়বু কলহোদবা য়াদ্রে।

হেম :—অচুম্বান হৃয়েংদগী হৌতুনা য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা চংতুনা মী খোম্মুগদবনি। নখোয় ঐখোয় পুন্নমক অসিনা পুকচেল মাঙ্গরবদবু মখোইনা করি তৌজরদগে।

চন্দ্রহাস :—( উখোংদা পেৎপা চে উবা ) ওাথখো ২ অসিদা থেৎলিবা চে অসি মলেশকী প উজেল চে হায়বন্থুরা ( মখোই (৩) চংশিন্দুনা য়েংবা )

হেম :—( পাবা ) নোটিশ :—"অসনা মরম ওইতুনা মনিপুরগী প্রজা পুন্নমক্তা খংহন্লি মরমদি :—উদয় কোৰ মৈতৈ লৈবাকপু ইরাং হৌহনবা সরকারগী খুজু-খুৎলাই লুট তৌখিব, সরকারগী মতিক মগুণ চউরবা খোলন্দ্র সুব-দারবু হাৎকে তৌরম্বগীদমক আইনগী মতুংইন্না জিলা খরিজ তৌবা অমসুং ওক্টোবর তাং ৫-১৮৯১ ইংগী নোংমাইজিং জুমৎতা স্ন কৈথেল তিনবা মতমদা থ্বাই কৈথেন্দা পাং তিংতুনা ফুবা। সরকারগী বিচারদা তারে। মতুংদা মহাক্নুম্না লম হেন্দুনা লৈপাক ইরাং হৌহনবা মীশক অতু মানা কংলিবা দণ্ডি অসি চপ চানা কংগনি" ইতি।

ব্রিটিশ সরকার

( হেমচন্দ্রনা নোটিশ অদু শেগ'ইবা )

মরাল লৈজজ্রবা মীবু পাং তিংতুনা ফুবা জিলা খরিক্ত ভোৌবা। বৃটিশ সরকার! ২! ( সেগ ইবা খোংপাক্লা নেৎপা মতম অ'সদা পয়লা চংলকপ )

পয়লা ঃ—ক'রনো ? ২—? ইবু ঙো হেমচন্দ্র—! সরকারগী অদুক লুরবা চে অদুবু শেগাইরিব'দ—? ঐখোয়গী বর-সাহেব ক.উন্টমিচেন উরব'দ নখোযবু শোয়দনা ফাররনি।

হেম ঃ— কনানো ? খুড়া পয়লারা—? খুড়া নত্রনে মনা পাম্বগী-দমক্তা কম কা'নঙবগীদমক নজাতিগী মাঙনবা শিন্দুনা স্নাখ্বা ইবুঙো যুবরাজ কোইরেংগী লৈকম তাক্তুনা ফাসী তোৌহনখিবদু খুড় নত্রা—? হৌজিক কোইরেং যুবরাজ থাঙ্গাল মেজ্জর ফাঁসা তোৌখ্রে। খুড়াবু করি কম কংবিরবগে—?

পয়লা ঃ—মাগীদমক কনবা হায়বিরগা অঙাং অসি শাউরনে।

হেম ঃ—শাউদবদি খুড়া—! খুড়ানা তোৌবা থবকপু মৈতৈ কনাগী থমোইদা শাউরোইদবা য়াওবগে ? খুড়া রা য়াম্না ঙাং-বিগদ্র। খুড়াদনা মালেশকী মতুং ইন্দুনা হুইদোনা মখোং লেকছুনা লৈবগী মালেশপু কিবনি। ঐখোয়দি মালেশ কিবা মীশক অদু ঃ ঙ্কে। চৎলু নংগী মালেশতা তমজক্ক চৎলু। হেমচন্দ্রনা নোটিশ শেগায়হোরে হায়না—।

পয়লা ঃ—ক'র অঙাং! অদুক য়'ম্না, নাপল তোৌবা ঐনদি নপা গুলাপ অদুবু ইনাওদা-ইনাও ওইনা খন্দুনা নংবু ইচাগুম্বনি

হায়তুনা তাকপিরগা অহুক থিনা হায়বা। কৈ পয়লানা করি তৌবা ওম্বগে হায়বদো য়েংগদৌবা ঙাইহাক্তা মঙাইরে। শেরা শ্রীগোবিন্দনা খওসন্ত খোলন্দ্র সুবদারদা তাক্তুনা নংবু হেক কাহনবা ওমত্রবাদ মণিপুর স্না লৈবাক চাংনা কোয়ব'সদা পয়লা লৈগ্ররোই।

হেম :—ওমজক্কচো! খুড়ানা অহুম হায়রগ হেমচন্দ্র ঐনা কিগনি হায়না খনবরা! থিনবু থিল্লেনে!

পযলা :—কৈ পয়লা ইতিক খওহনগে।

( পয়লা ম'ফ কল্লগা চৎহবা। মখোয় অহুম লোকপা )

চন্দ্রহাস :—চৎখ্রে (২) মাঙ্গেশকী হুই অসে, চৎতুম চৎহোরসি। চিক্তুম চিক্লরনি।

পয়লা :—( য়াম্না শাউনা চংলক্তুনা ) কনানো! : চোংপাক নাইদবা কনানো : ঐবু হুই হাযাখিবদো। নখোয়গী অহল-লম্মনা লোইবা হুহ'ন হ য়না খনবরা!

চন্দ্রহাস :—খুড়া! অহল-লম্মনগা পন্দুনা ঙাংগনু। খুড়গী শাজৎ অদু হুইগী শাজৎ নত্রা? মৈতৈ অমা ওইনা পোক্লগা মৈতৈগী মাঙনবা শিন্দুনা, মাঙ্গেশকী মখোং কোনদুনা লৈবহুবু হুই হাযবদা ক'র অরানবা লৈবগে!

পয়লা :—ইয়া মচোংপাক নাইত্রেদা। অমুকন্থু হ'য়রেনে। কৈ হায়য়ু (২) পয়লা ইচানুপা অচৌবা লৈতে হায়তুনা, উ'শওতুনা নখোয়না হায়রিবা নত্রাদো নখোয় অহুমবুদি ঐনা কৈনগী লেম্না তোক্কদগেদো। নপাগুম্বা ঐবু

নখোয়না হুই হায়বা। নখোয় ইচাগুম্বা ঙাক্তনিকো ঐগী মিত্তা পি তারিবসি ঐমক্তনা লান্দবা ওইরবদি নখোয়গী নথক্তা তাবা ওইযুকো। (মপি তৈথোকপা) অসি য়োনা ইকায়বা পীবা। ঐবু হুই হায়বা। কৈ ঐনা করি তৌরকপগে হায়বা অত্তু খঙগদবা ঙাইহাক্তা মঙাইরে। মৈতৈমচা উশিন্তবা, থকশি-খাশি নাইদবা শাববু।
(শাউনা চংখিবা)

সেনাহল :—হুম, —তৌবা শারিসে কপশিল লাউশিন্নবত্তুনা ওন্থোক্লা মুংশখেদা। ইমান্নবকক ওইবমলবদি মথক্তাই অত্তুদা থুবাক্লা শেং শেং থাত্তুনা নংনা তৌখিবা থবক্কী মনা চপ চানা পীবমগদবনি। (পয়লা শাউনা প্রপ প্রপ চেন্থোরকপা)

পয়লা :—থাওনে থাওনে অত্তুক থাওনে। (চংশিনবা)

সেনাহল :—করি কান্নবা (অহল অত্তুদা ইন্নুবা) চংলশি কান্নদে। হুইশিগা রা ঙাংনত্তুনা লেমদে।

সেনাহল :— (ময়াম থোকখিবা। পয়লা পেহৌ পেহৌ তৌত্তুনা লৈহৌবা)

—লাইট—

# ৭শুবা উৎপা

## হেমাঙ্গী য়ুম।

( গুলাপ হেমচন্দ্র ৱাবী শাদুনা লৈবমই )

গুলাপ ঃ—হেমচন্দ্র ! নংবু ইপানা শোরী শোরী তারকইবসিবু অচুম্বর' ?

হেম :—করি ওইরবনো ?

গুলাপ ঃ—নংনা মালেশকী চে অরুবা থেৎপা শেগাই লখাই তৌরুই। অদুগা নংগী খুড়া পয়লাগম্নু খৎনরুই হায়রা চুম্বরা ?

হেমচন্দ্র ঃ—হোয় রৈহে অমা অনি হায়নখ্রে। খুড়া অসিদি মতা অমা ওইনা তৌবা জাৎনি। মাগী পুকচেল অসিদি য়াম্না ক্ষংখিদ্রে। ঙুমিৎ খুদিংগী মী খুদিংমক্তা সাহেব বিদ্রা ? ২ ? হায়দুনতা লৈ। ঙুংশিদদুনা ৱাহৈ অমা অনি হায়নবনি।

গুলাপ ঃ—নত্তে হেমচন্দ্র ! তৌগম্নু তৌগম্নু নং সাহেব কিদ্রা—?

হেম ঃ—খিৎ তৌরম্নদা ঐখোয়গী পাজিহোয়গী মতৌ অসিননি মীনা উশিংত্রবা। অদুম্না থক তৌবিগম্নু। ঐখোয়না মখোয়গী পোৎ করি চরাল্লুদুনা মখোয়বু কিগ-দৌরিবনো—? কিগদবদি মখোয়নি ··· ···· ··· ।

গুলাপ ঃ--করি হায়বা হেমচন্দ্র—! মালেশনা নংবু কিবা। নত্তে হেমচন্দ্র ! নংবু মিহুন খরা চোইরবরা — ?

হেম ঃ—ঐবু কিয়্ হায়বগী রা নত্রে। মৈতৈ মচা ঐখোযবু কিফম থোকই হায়জবতনি।

গুলাপ ঃ—কিদদমা মালেশনা লান তারক্লুনা মৈতৈ ছমচনা মালেশকী মণিপুর ওইগ্রেদনা। মসিদা মৈতৈ মচা ঐখোয়বু মখোয়না কিগদবা করিনো?

হেম ঃ—শোয়দনা কিগদবনি পাজি! অরানবনা লান্দববু কিবা হায়বসি মহৌশানি।

গুলাপ ঃ—মখোয়না করি লান্দুনা—।

হেম ঃ—পাজিখোয় করি অমত্তা জ্ঞান তাদ্দবোইরে। মীরৈবাক অমদগী লাক্লগ মীগী মচিন-মনাও মশেল থেনবদা মখোয়না কার বিচাব তৌফম থোকপগে? মুন্না থনবিয় পাজি। মখোয় হৃসনা মণিপুরদা লাকপগী রাফম অচু কাউ বরবরা? ঐখোযগী শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজগী মখোঙ পাযদুনা লৈফম মচেৎ অমত্তা পীবব্র। লল্লোন-ইতিক তৌজগে অসি নত্র? মৈতৈ নিথোগী মথক্তা চৈরাক রাযেনফম থোকপরা— ?

গুলাপ ঃ—হোয়নে হোয়নে অচুবুদি ঐখোয় মৈতৈনা চুপ্সিনে। অচুবু মৈতৈ ঐখোয়না খোনা ফবিবনি হায়দুনা ক মেসন সাহেবনচিংবা সাহেব মঙা হাৎখিনচুবু ... .... .... ।

হেম ঃ—মচুস্থ ঐখোয়না কবগী লানফম থোকপগে। মখোয়না রাস য়েংগে হায়দুনা হাপ্ত বঙ্গালাদ রাস শান্থজল্লগা হুরাল লাম্নাদা লান হৌরক্লুনা হুপী অঙা মরক্তা

নোংমৈ ক্ষাপশিলক্ত না অহল-লম্মন মুপী অঙাং খোংবান্দা উকুদ লোত্তুনা কয়াদা রানখিবা মখোয়বু চুম্না হাপ্তোক্লগা মৈতৈগী হৌরকইবা নহারোলনা পেনগনি হায়না থন-বিগন্নু। মখোয়বু মচেৎ মচেৎ ককথৎতুনা থা অমা অনি চংনা হাৎলমলবদি পেল্লমগদবনি।

গুলাপ ঃ— ভুমিন লৈয়ু ২! নংগী রাদো কনাগুম্বনা ভাখ্রবদি নংগী মরুপ উদয়না ফংলিবা অসিগুম্না নংসু শোয়দনা ফংগনি।

হেম ঃ—তাগে হায়বমথৈ ভাজখিসন্নু। চৈবা ঙাংবা অসিদ নত্তে। ঙমখিদ্রবদি ঙমখিদ্রে, ঙমলবদি মালেশকী ঈঙনা মৈতৈ পোকপী ইমাবু ইরুজখিগদৌবনি।

( মতম অসিদা পয়লা চংলক্কুনা তাই )

মচুতদা মৈতৈ মচা এরখোয়না পেনগদবনি। হৌজিক কাওবা মালেশনা পানবা মৈতৈ মচা অমতনা য়ানিংদে।

গুলাপ :—চুম্মিনে অচুবুদি, ইপাখোয় কনা অমতনা য়ানিংবা নত্তে। অচবু মখোয়না মরৌশিং চাওবা হেনখিদো—!

হেম :—মচুসু থংজৈ পাজি। মরৌশিং চাওরবা হুরাল লাম্নাদা থোনা ফয়বা মালেশশিংবু স্নাথা ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎ অমদি থাঙ্গাল মেজর অনিবু ফাঁসি তৌবগুম মালেশ-শিংগী লুচিংবা শাহেবশিংবু ফাঁসী তৌখিগদবনি ; মৈতৈ ইমা ইবেমশিংবু মমিৎ থিৎনা য়েংহনখিগদবনি। ঙমদবা

থোক্লগা মৈতৈ লৈমা ইমাগীদমক থরাই অসি থাদোক-
কদবনি।

পয়লা :—ভো ভো ইবুংঙো গুলাপ! অসিনিসে নংগী নচা
অসিনা কাইরিবা? মৈবুন হৌবগুম চাক্লবা মাশেশতা
মৈরানবীগুম্বা মৈতৈনা করি তৌগদব'— ?

গুলাপ :—এ···· তাধনবু লেংশিনবিরকউ ২ — !

[ মানা ফম্বা মোড় অদু থাবা ]

অচুম্বনি তাধম্না হৌজিক হায়'বরিবা অদু খুৎকন
পাঙ্গনবা মাশেলবু মৈতৈ ঐখোয়না কার তৌরুনি।

[ হেমচন্দ্র শাওনা পয়লাদা য়েংলগা ইমু'দা চংখিব ]

পয়লা :—ইবুংঙো গুলাপ! ভাইখো মসিগী রাকম অসি তোক-
খিসি। ইয়াম্বনা লাকইবসি য়াম্না লুবা রাকম অমগীদমক
লাকইবনি।

গুলাপ :—করম্বা রাকম্নিনা তাধন ?

( মতম অসিদা হেমচন্দ্রনা থোংজিন ময়াদা লুমদুন তাবা )

পয়লা :—নংগী নচা অসিনা তোরবা সাহেবনা খেৎপা অরুবা
চেবু শেগায়বা। অদুগা সাহেবপু থিনা থিনা চৈবা
অসি তারক্লদুনা উদয়দোনা মহাকস্থ সাহেবকী য়েক্লবা
অমনি হায়না লৌদুনা উদয়না ফংলিবা অরাকম অসিদগী
হেনবা জুমিৎ হুমনি স্না কৈথেম্দা পুথোক পুথোকুনা
ফুগনি অদুগা মীরৈবাক্তী কৈশুমশংদা মপুন্সীচুপ্না থম-
গনি হায়দুনা তোম্পোক জমান্দারদা ফারকউ হায়না

শিন্নখ্রে । অতুনা নচাবু কনগে কল্লোই হায়বসিদি
তোম্পাকী মথুন্তা লৈখ্রে ।

গুলাপ :— অচুম্ব্রনে তাধন — ।

পয়লা :— অচুম্বা নস্ত্রবদি অসিবু ফাগী ভোৰা য়াৰা রাগ্নবে
ইনাও ঊবুঙো !

গুলাপ :— অতুদি তাধন ! কমদোশিগে । ঐগী ইচা অসিদি
অনিশুনা য়াওজব নত্তে । মুপা মথন্তা য়াওজবদা
মহাক্না মীরৈবাক্তা ম্নপুনসিচুপ্পা কৈশুমশংদা লৈখিবতুবু
ঐনা করম্না য়েংহৌরসিগে ?

পয়লা :— করমদি ভোগনি । নচানা থজিক্তং লমহেনখিবননি ।
হৌজিকসু কম্নিংঙাই লৈ ।

গুলাপ :— কম্নিংঙাই লৈ হায়বা

পয়লা :— লৈ ।

গুলাপ :— সাহেবকী মথোং পায়হুনা তুক্নগা ইচাবু কনবিয়ু
য়াগদ্র ?

হেম :— ওইথোক্কবা রানী পাঙ্গী — ।

গুলাপ :— ভুমিল লৈয়ু লমহেনবা নং-পোকপদগী ঐনা অসুক
ন্নাদোন্নিবা নত্রা ? হেক্তা হায়বিয়ু তাধন ! ঐনা সাহেবতা
ভুম্নগা য়াগত্রা ?

পয়লা :— সাহেবতা তুগদবা নত্তে । সাহেবনা কনগদবা নত্তে ।
সাহেবনা নংগী অন্নাবা কোকহনগদবা নত্তে । নংগী
অন্নাবা কোকহনগে নংগী নচা কনগে কল্লোই হায়ব-

সিদি নংগী নচাদা লৈরবনি।

গুলাপ :— নস্তেনে ভাধন ! ঐগী ইচা অসিদি লম হেন্দনা লৈরবনি। হায়না ভাম্নবা য়াত্রবনি মানা লম হেনবদগী নত্রা ঐনা অম্নুক য়াম্না ঞারিবসি। ঐগী ইচাসি তোক-পিরোনে। ঐনা কারি তৌরগা য়াগদগে মতুদা হায়বিয়ু।

পয়লা :— নচাম্নুপা হেমচন্দ্রগী ঞা নস্তে। নচাম্নুপীনা ঋনগ-দৌবনি নংগী অরাবা কোকহনগেদৌবনি।

গুলাপ :— ঐগী ইচা হেমাবতিসা ......... ?

পয়লা :— ইবুঙো ! কিংগৎথিগম্নু। ইয়াম্বগী রাশে অমুক্তা ভাখো।

গুলাপ :— অমুক্তা হায়বিয়ু। ইচানা করি তৌগদৌরিবনো ?

পয়লা :— নংগী নচাম্নুপী হেমবু তোমপোক্তা থাজেদনা !

গুলাপ :— থাজরিবনি। চুম্না থাজবতা নস্তে মমা মমা রাশক্র-তুনা থাজনরিবনি। অতুবু ঐগী ইচাম্নুপী অসিনা য়াদবদগী অরেপ্পা স্তুমিৎ তম্বা শুমদতুনা লৈরিবনি।

পয়লা :— তো তো মতুদনিসে কায়রিবা রাদি। হৌজিকম্নু নচাসে তোম্পোক্তা হেক্তা য়াহল্লু হোরেল হয়েং থংদে। অক্ষবা স্তুমিৎ য়েংতুনা তোম্পোক্তা হেক লুহোংঙু। ইবুঙো তোম্পোক্তা " ঐগী ইবাইনি " মীনা কল্লক্কুনা। পংহ য় হায়জনবনি, বর সাহেবকী মীনি হেক্ত হায়হল্লু। কনানোনে মাবু ফাগদবা।

হেমচন্দ্র ঃ— ওইথোক্লবা য়ানি থুড়া । ইমানা ফনা পীরমহুনস্থ ইচন্না ফনা য়াতুনস্থ ঐনা য়ানিংদে । হেমচন্দ্রনা সাহেবনা ফাবা কিহুনা, অহুগুম্বা সাহেবকী মথোং লেক্লনা মজাতীগী মাংনবা শিনবা তোমপোক অহুদা ইচনমুপী পীহুনা ঐখোয়গা ভাই শেন ওইবা, মহুদি কৈদৌঙেদস্থ য়ারোই । চৎলু নংগী সাহেবতা তমজক্ল চৎলু । হেমচন্দ্র-না ভাইহুনা লৈহৌরি হেমচন্দ্রবু ফাজয়ো হায়য় ।

গুলাপ ঃ— তুমিনলৈয়নহে । খরগা মহোশানা য়াদহুনা লৈবদা নংনা অমুক হিকথোংজিল্লবদি ঐনা নিংলিবসি কদাই-দনো থুংগদবা ? নমানা শিরমদাইদা ঐগী ইখুৎ পায়-হুনা নচন অসি তোম্পোক্লা থাজো শিল্লরম্বা নত্রা—? নমাগী য়াথং অহুবু নংনা কায়হনগদৌরিবা নত্রা ?

হেমচন্দ্র ঃ— পাজী ! ইমাগী য়াথংমি হায়হুনা অসিগুম্নবা শাদগী হেম্না তোল্লবা তোমপোক অসিদা ইচন্না মশানা ইয়া য়ানিংদনা হেমচন্দ্রনা সাহেবনা ফাবা-কিহুনা থাজবদি, হেমচন্দ্রগী থরাইনা লৈরিবমধেদি থাজরম্মোই । হেমচন্দ্রনা শিগ্রবা মতুংদা তোমপোক ঐগী ইচনগা লুহোংবিয় ।

( শাউনা ইমুংদা চংখিবা )

গুলাপ ঃ— হেমচন্দ্র ! ২ ! তাদা ভসিমক হয়েংমক অসিদি অরেপ্প হায়বা ভম্মোইদৌরি চিক্লা নচামুপীগী মরা অম-তদি তাজখিগে করিগী পীদদগে মহোশানা ঐগীদি

পীগ্রবনি। মশানা অমুক য়ানিংদবা অসিদা কদাইনো হায়দুনা খনবন।

পম্নলা ঃ--এ খংলে ২ নপা-নচা নখোয়পুন্নমক লৌতুনরিবোইরে! তোম্পোক্তা নচান্নুগী থাজনিংদে নত্রা ? করে ইয়াম্বা চৎলগে ( খর চৎপা ) অদুগা ইযাম্বনা হায়রমলিবা রাসে কাউবদদি কাউগনু ( চৎখিবা। গুলাপ হঙৎ-হন্দা চত্তুনা রাখল তৌবা হেমানা মপাললোমদগী ফিংনা চেনশিল্লকপা। )

হেমা ঃ— পাজী ! প'জী ! ঐখোযগী ইংখোল অসি মালেশগী সিফাইনা পুমকোয় কোয়থরে।

গুলাপ ঃ— করি হায়বা নুপী মচা ! সিফাইনা কোয়থরে হায়বা ? উম ঙসি ঐসু থোক্লরগনি হায়বা খংঙি। মসি পুন্নমক নবুংগা নংগনা থোকহনবা ঙাক্তনি। অপংবা নপা ঐনা করি খঙগনি। নখোয় অথোবা অশিংবা নচিন নৌপা তান্নরুচো —।

হেম ঃ— ঐখোয়না করি তৌরবগে পাজী।

গুলাপ ঃ— নুপীমচা ! রা য়ান্না ঙাংনদুনা কান্নদে। নহাক্না তোমপোক্তা থাজবা য়ারম্লবা অমদি নবুংনা য়েৎলমত্রবদি থোদোক অসি থোকলমলোইদবনি। ( হেমা চংগে তৌবদা তোমপোক অমসুং সিফাই খরগা চংলকপা )

তোমপোক ঃ— খুড়া —! হেমচন্দ্রবু —।

গুলাপ :— লৈ করিগীনো ইবুংঙো — ?

তোমপোক :— সাহেবনা মাবু ফারু হায়তুনা ঐ লাকচরিবনি ।

( হেমচন্দ্র থোংজিন ময়াদা লেপ্তুনা লৈ )

গুলাপ :— তাদা পয়লাদা ঐনা অদু য়োনা ফজনা হায়খিবা অদুবু করি অমতা তৌবিদ্রবরা — ?

তোমপোক :— করি ওইরবনো — ?

গুলাপ :— করিসু নত্তে ইবুঙো ইচাহুপীগী পুক্নিং অমতং থংজখিগে ............. !

তোম্পোক :— এ — এ খুড়া মদো পয়লানা পংহায় হায়জিনবা ওইরিনি । ঐনা থোইনা ফানিংদ্রিবনি । মীগী মালেশকী ভলব চাশিল্লুরবনিনা ইচা মীচা খায়দনা ঐগী থবক্তি তৌবা তাই ।

হেমচন্দ্র :— অচুম্বনি তোম্পোক । মীগী মীনাই ওইরুরবদি মীনাইগী থবক চপচানা তৌবা তাই । অদুগা নংবা মৈতৈ মচা ওইনা পোকলমলিবসি মৈতৈ লৈমগী মরাইবক থিবনি মৈতৈগী মাই থুবনি । নহাক্তুম্বা মীনাই অমগা ............ ।

তোম্পোক :— হেমচন্দ্র — ? তুমিল লৈয়্র । নংগী অহুগুম্বা চোইরোন অদু ঐ তাগে হায়তুনা লাকপা নত্তে । নংবু ফাবা লাকপনি । চৎকনি চৎলোই হায়বা হেক্তা হায়য়্র — ?

হেম :— নংগুম্বা করিসু লৈত্রবা মীনাই অমগা চিন্দা-পাওদা-
নডুনা থংনবা পামদে। লাও ফাজরো লাও —
( তোমপোক্কী ইংগিৎতগী হেমচন্দ্রবু লোকপ তৌবা )

গুলাপ :— হেমচন্দ্র —!২!

হেমা :— পাজী! করিগীদমক্তা চিংনবিরিবনো? নচানা করি
পোৎ হুরাললুহনা কনাগী মপোৎ মিহৌরুহনা, কনানো!
মৈতৈ লৈমগী শেবাগীদমক মথুং তু'বুম্বনা সরক লম-
জাওদা চৎপদা পাজিগী মাই করিগী থুভম থোকপগে?
ইমাগীদমক্তা কৈশুমশংদা লৈবদি থুংনা স্বর্গ লাম্বা
ফংবনি। তাদা! করি অমতা চিংনবিগনু। করিগুম্বা
মৈতৈ লৈমগীদমক্তা থরাই থাবা তারবা ফাওবদা নোক্লা
২ থরাই থাদোক্কদবনি।

হেমচন্দ্র :— মাম্বি হেমা! ইবুং করি অমতা চিংনদে। মৈতৈ
লৈমগীদমক্তা মফমচাবা মক্ষমদা থরাই অ'ম থাদোকপদি
ঐগী য়াইফবনি জয় মৈতৈ লৈমগী!

হেমা :— জয় ——।

হেমচন্দ্র :— জয় শ্রীগোবিন্দগী —!

হেমা :— জয় —। অমুক্তা ওাইরমখো —।( চেনশিনথি-
ডুনা লৈপরেং অমা পুথোরকপা ) শ্রী গোবিন্দগী নির্ম্মা-
লনি। মসি শিবিখো। মসিনা তাদগী য়াইফবা ওইসনু।
( নোক্লা ২ শিবিবা )

হেমচন্দ্র :— ( নোকনা ২ ) জয় শ্রীগোবিন্দজীগী।

হেমা :— জয় জয় মৈতৈ লৈমগী

হেমচন্দ্র :— জয় ——।

গুলাপ :— ( মরক মরক্ত' ) হেমা ! হেমচন্দ্র — ! ( হায়না অরাবা খোন্থোক্লা কোবা )

## —বিশ্রম—

## ২ শুবা শরুক
## ১ বা উৎপা
## তোম্পোক্কী য়ুম

( তোম্পোক চেয়ার অমদা ফমসত্থনা মথন্নাই ফুংঙাইনা লৈরম্মী। মথুক্তা শিরিবা ঘড়ি অহু য়েংভি। )

তোম্পোক :—অফিস মতম ওইরেনা ( শমজেং হাৎপা মিংশেল য়েংবা, পয়লা চংলকপা ) খুড় লেংশিনবিরকউ। ( চেয়ার চিংথোকপা )

পয়লা :— ইবুঙো জমন্দায় তৌজিক্তি সুখদার কায়বমিমা নচা ননাই ওইবা ঐখোয়বু চাক খাংবিরেদনা— !

তোম :—খুড়া চাকপুদি চামরক খাওগনি। অদুদা নচাগী পুক্লিনা ফুংঙা'বা কোবা লৈতবলিদা ... ... ।

পয়লা ঃ—করিগী লুংঙাইরোইদোরিবনো? লুপা অমা ওইনা পোকপগী মতিক চাবা গুণনা লৈতেংলে। সুবদার ফমথোল হায়গৎলে মসিক্কাওবদা লুংঙাইতবদ ইবুঙোদি লুংঙাইবা মশক থংদবা মী হায়বত্থ ওইরেদনা।

তোম ঃ—খুড়া! ঐগী রা'সি অমুক্তা ভাবিখে'। হেমচন্দ্রবু ফারগা ঐনা সুবদার ফমথোন হায়গৎপা অসিদা ঐগী লুংঙাই-নিংঙাই কদাইদনো? লুংঙাইবা নত্তে ঐগী পুন্সিগী আশা মথং মথং কায়ননবা শিল্লকপনি। হেমা মহাকপু পাম্মুবদগী লুংশিরুবদগী, মহাক্কী হাকন্দগী ঐগী তোঁগ-দবা ইথৌ কয়া পাংথোকখিদ্রে। মতুদি খুড়ানা হেন্না খঙ'বিরিবত্থমঙাই।

পয়লা ঃ—অত্থবু ইবুঙো! হেমা মহাকপু ইবুঙোগা লুহোংলসি মবুং হেমচন্দ্রবু থাদোকপিগে হায়বা মতমদা শিথাং-থাংদুনা য়াখিদরে—। ম'সদা ইবুঙোগী তোকম থোকপা থবক তোত্থনা হেমচন্দ্র মাবু ফাবদা ইবুঙোগী করি অরানবা লৈবগে? করিগীদমক্তা রাৰিবগে? মণিপুর স্না লৈবাক চাওইনা। ইবুঙোগী করি রাৎকদগে—?

তোম ঃ—চুম্মী খুড়া—। মণিপুর স্না লৈবাক চাওই। মঙোন্দগী তাবস্থ লৈ। মঙোন্দগী হেনবস্থ লৈ। অত্থবু মথোয়শিং অত্থ ঐনা থোয়দারুদে। মী থরগী মরা তারগা ঐগী পুকনিং অসিনা অতোপ্পা রাথল অমা থল্লকপদা রাথল লংজিল হেক্তা পুল্লি। ঐগী থম্মোয় অসিনা হেমা

নগুনা য়্যানিংবা লৈখিদরে। (হায়ফেৎ নোকপ') খুড়া ! সুবদার ফমথোল হায়ৰা অমা ফংলবা অসিদা লৈম খংদে, শিঙ্গ খংদে অয়াম খংদে, হৌজক্তি হায়ফাক্রিবৈনা কৎলগে হায়বনা চামনি অত্তুবু…………!

পয়লা ঃ—অত্তুবু ইবুংঙো ! কায়রোইদৌৰা য়াথলয়া, য়াথল লাইনা ওয়নবানি। হৌজিক করি তৌগনি। ইবুংঙোগী য়া পুন্নমক হেমা মাগী মফমদদি থোত্থ নূদা লাইজ ঈশিং চাইবগা পাংখক ওইখ্রে। নকশিন্নবা হোৎনবনা থোইন হেন্না লাপখ্রে। মাগী য়াথল থাদোকপীরো। অত্থুগী শরুকপুন্থি মঙোন্দগী হেনবা লৈম শিঙ্গ অমা হোংত্থনা লৈপাক মমাংদা লেম্নবগুম চাওনা লুহোং থোংদোংনৰা তৌরসি।

তোম ঃ—খুড়া ! খন্নত্থুনা তৌবা হায়বত্থনি।

পয়লা ঃ—খন্নবা নত্তে ইবুঙো ! করিগীদমক্তা চিন্তা তৌবিরিবনো ? মরিংনা শাবা শংবাইবু নাম হাংনা শাত্রা ?

তোম :— অত্তুবু। মরিং লরাই মচানা ঐগীদি হাংনা শাবিরম্মেনে।

( ফম্বদগী হৌগৎপা )

খুড়া লেংথোক'মন্নরসি। ফিরোল অমুক্তা শেৎচরুখিগে। ঙসিদি থরা ওন্না চাত্তবা য়াদে। হেমচন্দ্রগী বিচার লৈ। ঐনা কারুরবা কৌবনিনা ঐনা রিপোর্ট পিফম থোকই। খুড়া ঙাইহাক্তা ফমবিরমখো। ( চংখিবা )

( পয়লা রাখল তৌরিবৈদা গুলাপ চংলকপা )

পয়লা :— এ ………… ইবুঙো করি থবকী ……. ?

গুলাপ :— তাধন — ! য়ুমদগী থিজরুরে । খোমদা চৎথি হায়তুনা তাধনগা হৌজিক উনদবা য়াদবা মতাং খোক্তুনা হেক্তা চংজরকইবনি ।

পয়লা :— করি তাকপিগদবা ? ( চেয়ার থাবা ) অশোমদা লেংশিনবিয়ু ।

গুলাপ :— তাধন রারৌবিরুগু য়ারনিদা — ইবুঙো তোমপোকপু লৈব্রা — ?

পয়লা :— লৈ, অফিস কাগনি হায়তুনা কিরোল কোংবা চংখ্রি — ।

গুলাপ :—অতুদি ইচিল-ইনাও মপান অসিরাইদ র অমা অনিদা ঙাংনসি ।

পয়লা :—এ…… ইবুঙো ! মপান অমুক খোক্তুবগু মরুম অসিদা অসুম ঙাংনশি । করি অমত চিংনাবিগনু ।

গুলাপ :— অয়ুদা —।

পয়লা :—থংজরে । ইবুঙো তোম্পোক হৌজিক্তা…………পাক খেরকথিরোই । অসিদ লেংশিল্ল……। ( চেয়ারদা ফমহনবা ) হায়বিরিবা রা অতু ।

গুলাপ :—অতৈ খোইদোকপা রাগী নৎচদে । ঙসি হেমচন্দ্রগী বিচারনি ।

পয়লা :—মতুদি থংজরে। ঐস্সু তাজরে। করি তাম্নসি হায়বগে—?

গুলাপ :—তোম্পোক্তা ঐনা রাকম অসি হায়বদা থজিক্তুং ইকায়বা অমা থোক্লতুনা, তাধন্দা রারম অসি হায়রগা ইবুঙো তোম্পোক্তা রাকম অসি ফাওনবা ভৌবিয়্।

পয়লা :—ইবুঙো হেমচন্দ্রগী মরমদরা ?

গুলাপ :—মানি তাধন ! ওসি মাগী বিচার অসিদা মাবু থাদোকপা য়ানবা ইবুঙো তোম্পোক্তা থর্ হোৎনবিয়্ হায়বিয়্নে তাধন।

পয়লা :—হায়—হৌজিক ইবুঙো তোম্পোক্তি সরকারগী মচিন চৎপা মী অমা ওইরবনিনা মানা ঙাংবা রাদা সাহেবনস্সু তাবিক্তম থোকই। তোম্পোক্তা হেমচন্দ্রবু থাদোক্কে নিংলবদি থোইদোক্লা অরুবা রাকম ওইরোই হায়না থল্লি অতুনা……।

গুলাপ :—থংজরে অমুক শাংনা হায়রুবগী করি কান্নগনি ; ঐগী ইচাজুপী হেমাবু মাগী মবুং হেমচন্দ্র কন্নবগীদমক্তা ইবুঙো তোম্পোক্তা লুহোংবা মহাকস্সু য়ারে।

পয়লা :—অতুদি ইবুঙো ! অক্তব য়াম্বদি ওসি হযেং অসিদা হেমচন্দ্রবু থাদোক্লবা তোম্পোক্তা শোয়দনা মরাইনা হোৎন-জগনি। ইবুঙো তোম্পোক্কী পুক্নিং চপ চানা থংই। লুহোংবা জুমিৎতি মমাংডৈদা লেপ্পথিবা জুমিৎ অতুদা হোংনবা তৌরসিদনা করি জুমিক্তা লেপ্পথিবগে—?

গুলাপ :— ইবুঙো তোম্পোকপু পোকপা তাদতুগা ঐগা লেপ্প থবা

অমদি ছায়নথিবা পাঙ্জিকা য়েংহুনা হায়নথিবদি লাক্লিবা পোইন্নুগী ১০ নি পানবা অসিদা লেপ্পখি।

পয়লা :—ফয়ে অত্তুদি—মত্তুদা খোয়দনা হোংনবা তৌরসি। করি অমত্তা চিংনবিগনু। হেমচন্দ্রবু তোম্পোক্কা ময়াইনা থাদোক্নবা হোৎনজরগনি।

গুলাপ :—খোইদনা মহাকপু থাদোকহনবিয়ু—। তাধন্না থংখিরিং-বত্নমঙাই। মহাক নত্তনা ঐগী কনা লৈত্রবনি। ঐগী হায়ববু মহাক্না লোইয়বনি।

পয়লা :—করি অমত্তা চিংনবিগনু। পুক্লিং লৈতানা য়ুমদা হনবিয়ো—।

গুলাপ :—অত্তুদি ঐ চৎচরে তাধন।

পয়লা :—ফগনি। ( গুলাপ থোকখিবা তাইহাক লৈয়গা স্নুবদারগী ফিজেৎ শেৎতুনা তোম্পোক থোরকপা )

তোম্পোক :—খুড়া—! হৌজিক ঐগীসিদা কনা লাক্লবা য়াওবগে ? ( থুমদবা নোকতুনা য়েংবা ) কৈদোরবগে খুড়া—?

পয়লা :—হি·······হি········ ( নোকপা )

তোম :—করিনো খুড়া নংনা তৌরিবসিবু—? মীনা হংবস্থ খুমদে। কৈদোরবগে—? খুড়াগী মমাংঙৈগী থাশি-থানোগী লুংশিং অত্তু কাংওকলবরা—?

পয়লা :—ইবুঙো মরিংনা শাবা শংবাইবু নাম-হাংনা শাত্রা ? ইপা ইপুগী পাওরো অসি ওস্থোক্না চুমখ্রেদা—। ( তোম্পোক রা মচেৎ অমতা ঙাংদনা চৎকে তৌবা, সুংঙাইতবা ওইনা ) লেংলবরাও ? অফিসকী থবক্ন লুংশি

মপাওগা কনানা লুম্বগে হায়বত্তু রাখল মুন্না থম্বরগা লোংবিয়দা—। ( তোম্পোক চপ লেপতুনা পয়লাদা য়েংবা ) হুংশি মপাও তাবিররোইদরাও— ?

তোম :—খুড়া— ! ঐবু পুমণুক ওকলে। করিনো ? ঐ জ্ঞান মাগুলে ।

পয়লা :—ওকপিন্থু জ্ঞান মাংবিন্থু। মীগী ফিরাল মমায়না চুমক্লবদা থিংবিনবা কনা লৈবগে শামু ময়ানা থিন্দোক-লক্লবদা মঙ্গে থেংগুনা করি তৌগনি।

তোম :--অদুবু করিনো খুড়া— ?

পয়লা :—সুবদার সাহেবকী সুবদারানীগী লৈকম-কা শেংদোকপিরো য়ুম-কৈ মেরামোট ( তোম্পোকনা ওকপা উবদা ) ওকপিন্থু ময়েক শেংনা তমজরগে। হৌজিক ইবুঙোগীসিদা কনা লাকলম্বগে হায়না হংবিবদো অতৈ কনা নত্তেনে। নকু ইবুঙোনে।

তোম :---কনা নকু ইবুঙো— ?

পয়লা :—ইবুঙোগী নিংনফম থম্মোয়গী মবেম্মা হেমাগী মপা-বুংনিনে ।

তোম :---হা— ! খুড়া করি হায়রম্মিবা—।

পয়লা :—হেমানা ইবুঙোগা লুহোংবদা য়ারে হায়না পাও পিররিবনিনে—।

তোম :—অওইবরা খুড়া ঐ থাজদেবো—।

পয়লা :—করম্না থাজবিয়োইদোরিবনো ? ম'সিবু ফাগী য়াবা য়াফমলা— ? ফর ফজ্রবস্তু ইবুঙোদি হৌজিক ফমথোন হাইগৎলবনি।

তোম :—অ— দু— বু— ?

পয়লা :—ঙসি হেমচন্দ্রগী বিচার অসিদা হেমচন্দ্রবু অরাফমদগী থাদোকনবা তৌবিয়ু হায়জরমমী। মাগী অমতা ঙাইজরবা মবুংবু অরাফমদগী থাদোকপিরবা তারবদা মহাকনা ইবুঙোগা লুহোংবদা করি মরমগী য়ারোই-দোরিবনো ? য়াদানিংঙাই করিস্তু লৈতে।

তোম :—ও.... চুম্মিদনা খুড়া থজরে— ! থাজরে —।

পয়লা :—মহুদা খুড়ানা ইবু'ঙোগী রাস্তু ভাদনা নাপলগা লোইননা হায়দোকথরে। শোয়দনা ইবুঙোন, থাদোকনবা হোংনগনি হায়ন', মসিদা করি অকায়ব — ।

তোম :—করি অমতা অকায়বা লৈতে। খুড়াগী নাপল অদু ঐনা শোয়দনা মাই ঙাকনবা হোংনগনি। হৌজিক্কী মতমদা ঐনা হায়বদা সাহেবস্তু সোয়দনা তা'বগ'ন।

পয়লা :—ম'সিফাওবা লেপথোকনথ্রবনি। মমাংঙৈদা ইবুংঙো'থোয়গী পাবুংগা লাক্লিবা পোয়হুগী ১০ নি পানবা অসিদা লুহোংবগী হুমিৎ লেপনথি হায়। হুমিৎ অডুদা হেক কায়দনা হোংদোকনবা তোরসি। অসি হায়হুনা খুড়ানা হুমিৎ ফাওবা লেপথোকনথরে।

তোম :—চুম্মী খুড়া— ! শারিঙৈদা য়ৈহৌগদবনি। থবক

য়াংবগীদমক্তা ( লুপা ফুরিৎ খাওদগী লৌখোক্লগা ) মনা—
শে ( পীবা পয়লানা নোকনা ২ লৌবা )

পয়লা :—অদু ইবুঙো ! হৌজিক্তি সুবদার কাবদগী হেন্দোক্নুনা পুন্সিগী আশাসু নিংবা থুংগদৌরে। অদুনা চাক থাংৰিবা য়ারেদনা— ?

তোম :—চাক-থাংবদা নত্তনা খুড়াগী ফিজোনসু হোংজগনি। অদুবু চাক থাংবা অসিদা খুড়াগী লনাই খুড়াগী থরাইনা পাম্বা ইনশাং মথেল অমতংদ হায়য়ুদনা— ?

পয়লা :— ইবুঙো ! ইনশাং মথেলগীদ ময়ামগী ওইনা ঙাদত্তা মথেন চামা থোকনা থোংগে থোংৰিয়ু। মদুগী মরক অদুদা খুড়াগীদি লন্নাই ওইনা খুড়াগী থরাইনা তাজবা অথোংবা অমতং তঙাইফদনা য়াওহনৰিয়ু।

তোম :—অদুবু করম্বা অথোংবনো— ?

পয়লা :—খুড়াগী বযস মত্তা অসিদা ইবুঙোদা ফাওবদা হায়গদবসি হংৱ হংগোইবে।

তোম :—করিগী হঙোইরিবনো ? হেক্তা হায়ৰিয়ু। পেংবারা, ঙাতিল্লা, খাবক্ল', শরেংলা, ঙাতোল্ল', অপাম্ব' হেক্তা হায়ৰিয়ু। অদু ইনৎ-নক্রবস্ন মৈরৈব কুগী ঙা অচোবা লৈব্রি। হেক্তা হায়ৰিয়ু।

পয়লা :—ইবুংঙো মদু পুম্নমক অম্নু অমত্তা নত্তে।

তোম :—অদুবু হায়রো খুড়া—।

পয়না :—থরাইনা পাম্মনবদগী হায়গদৌরিবনি। নোকপদি নোক-
পিগজকো—।

তোম :—করিগী নোক্লুগদগে—?

পয়না :—ইবুঙো খুড়াগী মথেল অসিদি নিংশিংলুবদা ডিনবু
চুংডি ( তিনয়োৎপা )

তোম :—অদুবু হায়রোনে—।

পয়না :— ইবুঙো অতৈ নত্তেনে ( চিনথুম্মগা )
ঙানপ থোংবা—।

তোম :—মদুবু খুড়ানা অদুক লুনা অদুক হঙোইনা
থমবিক্লরবা করিগীনো—!

পয়না :— লুনা থন্দবা হঙোইদবা য়াদবনিনে ইবুঙো।
তরাই তরাইবা ইনশাং মথেল নত্তেনে ইবুঙো।
অদুডৈ খুড়ানা য়ুম পানবা কুমদা ঙা পান্থা থোকখিদবনা
অমত্তা পোকচবা ইচাগী লুহোংবা ফুমিৎতবু ঙানপ
থোংদ্রবদি হায়দুনা অহল-লমন্না য়াম্না ৱানা তাংনা
কংখিবা ইনশাং মথেল্লে। অদুনা মসিগী ইনশাং
মথেল অসি হেক নিংশিংঙুবদা— ( কপলি কপলি
তোদুনা ) মঙ্গং মতম চাদনা লৈখিদ্রবী, নন্দোজ অদো
হেক্তা নিংশিংলকইনে। ( পি তৈথোকপা )

তোম :—খুড়াগীদমক্তা মথেল অদু ঐনা শোয়দনা য়াওহল্লগনি।

পয়না :—ইবুংঙো—! চানবিবগী চানখিবা মথেল অমত্তংগা……।

তোম :—অমত্তা নত্তে খুড়া; চাম থোকনা হায়বিয়ু—।

পয়লা :— ইবুঙো অতোপ্পা অমা অমুক নত্তে। ভানপ থোংবদো ইরেম্না থোংঙগা কঞ্জবা শেংপ্রবা হঙ্গাম থাও অদুদা ইরেম্না অমুক শোক তৌতুনা অনোইবা অমভং য়াওহনবিরবদি আঃ——হাওথরনিদা ইবুংঙো—।

ভোম :—শোয়দনা য়াওহনজগনি খুড়া—।

পয়লা :— অদুগা ইবুঙো অমতংগা……।

ইবুঙোনা নৌগদোরিবনি থনজরুবদা খুড়াস্থ……।

ভোম :—করি খুড়া………?

পয়লা :—হে করিস্থ নচ্চদে……।

ভোম :—হায়য়ুনে খুড়া—। য়া লোংথেনে।

পয়লাঃ— ইবুঙো। হায়জরুতুনবু করি কান্নগবনো। জীব কৌবনিনা অতুক থনজরুবনি।

ভোম :—অদুবু হায়দোকওবা—।

পয়লা :—হায়ররোই ইবুংঙো—।

ভোমঃ—হায়দবা য়াদে খুড়া—! মীনা তাহন্নিংদবা রাদি য়াম্না থুনা তানিংবা হায়বসি মহৌশানি। হায়ম্নো। হায়রোসে খুড়া।

পয়লা :—অদুবু-রাও— (চিন থুমলগা) নহা ওইতুনা অমুক নৌনা য়ুম কৈ—পানজনিংঙকএ হায়জবনিমা—!

ভোমঃ— হা … হা … হা …।

লাইট

## ২ শুবা উৎপা

### লম্বী

( পয়লা মথুত্তা ঈশিং থুক্তায় অমা পায়রদুনা ঈরুজবা কারকপগী মওং ওইনা মচিন্দা শ্লোক থীবগী মওং ওইনা চংলকই। )

পয়লা — হরে কৃষ্ণ, ২ কৃষ্ণ ২ হরে ২

হরে রাম ২ হরে রাম ২

রাম রাম হরে হরে।

( মতম অসিদা মরৈ লোমবা তোনানা চংশকতুনা )

তোনান :—মখোয়গী হুই অরাংবী অসিনা লম্বী চৎপা ফাওবা মা উনগনি খনবদা চৎলিংদরে।

পয়লা :—অচ্চা—! (য়েংদুনা লৈবা )

তোনান :— মসিগী হুই অ'স নোংমা মখোং থুদেকত্রিবমখৈ ম্নারোইদোরে।

পয়লা :—হেই অঙাং! নং ম্নতোইনরা— ?

তোনান :—করিনো খুড়া। খুড়াদা ঐনা করি তোখ্নবগে ?

পয়লা :—করি তোখ্নবগে কা-হায়না—নংনা হৌজিক হুই হায়থিবদু কনাদনো ?

তোনান :—হুইবু হুই হায়দ্রবদি করি হায়রগে— ?

পয়লা :—ইম্না অমুকস্তু হায়রেনহে। ভাইখো ২ নংবু পোকপা অহল-লমম্না কনা কনাব্রো ? লমিংনা করি কৌই ?

তোনান্ :—ঐগী মিংবুদি তোনান কৌইনে।

পয়লা :—ইবুঙো তোনান! নংনা খল্লিববু পয়লা অহল ওইরে হায়দুনা উশিন্তুনা লক্সরিবা নত্রদো। তৌগন্সু তৌগন্সু অঙাং লক্সরগা চোপ্পা ফংবনি, অহল লক্সরগা কপ্পা ফংবনি হায়বা রা লৈবর্ন। তৌন্সু তৌন্সু মক্সুংদা অদুম্না ঙাং লাকচন্নুকো। (হায়না চৎকে তোবা)

তোনান :—করিনো খুড়! হুইবু হুই হায়রগা খুড়ানা অদুক শাওরিবা করিগীনো—? হুইবু হুই হায়ত্রবদি য়োং হায়য়ুরা— ?

পয়লা :—ইয়া অঙাং অসিদি হুই হায়বদগী হেন্দোকতুনা য়োং কা হায়না অমুকস্সু হায়রিনে।

তোনান :—খুড়াগী নত্তৌ অদুনা হায়রিবনি।

পয়লা :—ইবুঙো তোনান নং ভস তোইগেরা ?

তোনান :—করি খুড়! অহুম্নি হায়দুনা ঙশাইমখৈ হনবিরগা পয়লা নং পয়খৎলুরা— ?

পয়লা :—য়েংভু কয়াদা থকশি খাসি নাইত্রিবা অঙাংনো— ? কয়াদা উশিংত্রিবনোসে—।

তোনান :—খুড়া ইরেম্না হনবিগৌ। নত্রবদিনে হুইনা লাকতুনা কৈফ্রোম শেগায়বগী য়াম্না থরাই মুংঙাইতনা লাক্লিবনি। থিঙেল তাইনবা ঙমত্রগা নাশিখোংদা তাইনদুনা তোকনি। হুইবু হুই হায়রগা করিগীনো খুড়ানা অদুক শাওরিববু।

পয়লা :—ইয়া মচোংপাক ইনাই নাইত্রদুনা অমুকস্সু হায়গে মতাঙ্গুম

হায়রিনে। ঙসি নরৈ অরোম্বদু থদংলুরা—? হৈ লৈতংপা।

তোনান ঃ—ক'রি খুড়'—? লৈতংপকা হায়বা শারি অতৈ হায়রবদি য়াবনি। হৌজিক মদু হায়রবনিনা অহুম্নি হায়দুনা মংবু ঐনা লেম্না থাগদ্রা—? হায়খো নবুক অকংবা অহুদা খুনিং অসিনা ৱাইগেদো—।

পয়লা ঃ—লৈতংপবু লৈতংপা হায়দ্রবদি শৈরোম্বা হান্নয়ুরা—?

তোনান ঃ—কৈ হান্নয়ু হায়য়ু ( মক্তি শেম্বা )

পয়লা ঃ—হেরা ঙশাইমখৈ ইচাগুম্বনি হায়দুনা হনবিরগা, ন'নদি হুন্দ্রগা পয়লা ঐনদি হুনগদ্রদো—।

( খুজাই থমদুনা ফি শেম্বা মতম অসিদা মপান্দা উদয় চেনখ্রে ২ হায়না লাওনরকপা মখোয় অনিমক মক্তি শেম্বদগী ঙক্লা ভাবা উদয় ফিংনা চেনখিবা সিফাই, সুবদার, তোম্পোক্লচিংবনা তান্নখিবা।)

—লাইট—

## ৩শুবা উৎপা

## প্রান্তর

( মমুংদা নোংমৈ কাপ্পা উদয় খুবোমদা পান্দুনা ঈ তাদুনা ভুরোই-ভারোই থোরকপা। তোম্পোক্কচিংবা সিফাই থোরকপা। উদয়গী মশম পায়দুনা )

তোম্পোক :—হা—হা—হা—অপংবা। বৃটিশ সরকারগী মমিৎতা উফুল চাইদুনা অপং থোনা উৎতুনা চেনগে থোরাংবা। খংঙু তোম্পোক এরনা বৃটিশ সরকারগী মথাদা লৈরিবৈদদি নংগী লম্বী খুদিংমক্তা তোম্পোক্না পল ওইদুনা চীংগুম লেংদনা লৈগদবনি। মসি খক কাওগনু হা—হা—হা—( খোংপাক্না নেৎপা )

—লাইট—

## ৪শুবা উৎগা

## হেমাগী নিংথিজরবা কা অমা

( মভিক চারবা পোৎকী লৈতেংনা থল্লি। জাতীনা লুহোংবগী ফীজেত্তা হেমাগা য়ারী শাহুনা লৈ।)

জাতী :—অহুবু ইভা! ঐনা হায়রিবসি অমুক্কা থন্থখো।

হেমা :—থল্লিবনি। অহুম ওইনমক ইতা! ঐনা ভোম্পোক্তা লুহোংবা য়ারে হায়না পাজীগী মীনম্বা থোদোক অসি তুং-ইন্নহুনা ঐনা ইশাগী য়াশক অসি থুগাইহুনা পুন্সী অসি অরেম্বা মাংহনগন্ত্রনে ইতা।

জাতী :—নংমা ভোম্পোক্তা লুহোংবা য়ারে হায়না পাজীনা ঙাংঙুরিবা য়াফম অসি নংস্থ অমুক্কং থন্থহুনা য়েংঙু। পুন্সীগী মরম্মাই স্থুংঙাইনবা নত্তে। মাগী অমত্ত ঙাইজরবা মচাম্নুপা ১দি নবুং হেমচন্দ্রবু কম্নবগীদমক্তা হায়রুবা মীনম্বা য়াফম্নি। মসিদা পাজীনা লাল্লি হায়বস্থ করম্না হায়-স্নিগেনে ইতা—।

হেমা :—ও—! ইভা! য়াথল ময়াম অসি ঐ পুবা ঙংত্রে। করমনা খাঙজসিগে ইতা।

জাতী :—অসি ঙাক্তনিনে ইতা ইবেম্মা! মীওইবগী অয়া স্থুংঙাই খাঙবা ঙম্নবা হোৎনত্রবদি করম্না মী ওইগনি ইতা। মীওই-বগী অয়া-স্থুংঙাই অরেপপা লৈবয়া—?

হেমা ঃ—চুম্মী ইতা! মীওইবগী অরা-মুংঙাই হোংনা হোংনা চৎলিবনি। ঐগী নিংবা কায়রবা পুন্সীদা থোক্লকপা থুদোংথিবা কয়াবু অরাবনি খন্দবা ওম্মী। ওইবা য়াবা অরাবা মুংঙাইবা কয়াবু খঙনিংদ্রবী ঐনি। অদুবু......!

জাতী ঃ— খন্দবনা চুম্মী। ইরোইবা মপা থুদবগুম মীওইবগী অরা-মুংঙাই পুম্বমু চপ চানা মহৈ ফংবা তাঙনা থোকই। হৌজিক মতুগী অফবা ফত্তবগী খন্নবা মতম হেনথরে। হৌখিবগী হোখ্রে। অমুক হঙ্গনবা য়ারোইদবা রাথল খল্লুহনা কান্নদে। রাথল অদু থাদোকলো।

হেমা ঃ— থাদোকপা ! থাদোকনিংলবা ঐহাক্লি। অদুবু ইতা ! থাদোকে নীংবা রাথল অদুনা ঐবু হেন্না খলহল্লি। করম্না থাদোক্কনি। থাজদ্রে। মপোক অসিদা মাবু কাউবা ঙমগনি নিংদ্রে।

জাতী ঃ— অদুবু মাংদা লৈরিব থোদোক অসিবু লায়না খনবদি চুমদে। অহল-লম্মন সমাজ! অমুক য়াম্বসিবু খন্দনা নং ঐনা তৌনিংবতা তৌরবদি নং ঐতা নত্তনা পুম্নমক শিরগনি। মসিবু খন্দবা চুম্বা? মীওইবগী পুন্সীদি শিগদবা ঙাক্কনি। শিরোইদোবা কনাসু য়াওদে। লেংদবদি মিংচৎতনি। নং ঐনা ইপা ইমাগী মিংচৎ মাঙহনবা চুমলিব্রা ?

হেমা ঃ— শিগদবা মীওইবগী মপুংদা নং ঐসু য়াওরি। নোংম নত্রগা নোংমদি শোয়দনা শিগদবা ঐনা অমুক য়ানা হিংহুনা

লৈরুবগী করি কান্ন্র? শোয়দনা শিগদবা নং ঐনা ইশাগী মিংচৎ অখিবা থমলম্বদি চুম্লিবর ?

জাতী ঃ—হায়রিবতু ঐ খাঙবা ঙমদ্রে। অহল-লম্মনগী র ইন্দ্রপা মিংচৎ কর্বনি হায়র্বসি কন্নমা হায়গদৌরিবনো ?

হেমা ঃ—ইশাগী রাশক ইশাগী অনিংবা থুগাইববু তাইবংদা মিংচৎ অকবনি হায়গন্ত্রনে ইত ?

জাতী ঃ—হায়র্বদ— ? নহাক্লা খঙভি। ঐগী ৎন্নাই অসি ঐগী ওইখিদরে। ঐগী ওইদ্রব হকচাং অসিবু মী খরগী নিংবা থুংনবা ঐনা করন্না কনাদা পীগদৌরিবনো ?

জাতী ঃ—অহবু রাকম অহদি হৌখ্রবা ১দি হয়েংমুক্তী মপোক্তী রা ভাখ্রে। লেমহৌরিবা পুন্সী অসিনা ইপা ইমাগী মুংঙাইনবা শিনবনা মচা ওইবা ঐখোয়গী নিংবা থুংনবা তৌকম থোকত্র ?

( মতম অসদা হেমাগী মপা চংলকই )

গুলাপ ঃ—ইচাশা ! হৌজিক রারী শাদুনা লৈথোকপগী মতম নত্রে। শুমাংদা মীনা পিক থনখ্রে। ঈশৈ হৌখ্রে। বর লাকহৌরে হায়বা পাউ লাক্লে। অতুনা নশা মুং- ঙাইতে হায়বদো থর খিৎ ফরবদি নশাগী থৌরাং লোই- থোক্লবা তৌরো। ফিরোল শেৎনবা তৌরসি। ইপাগী ইবেম্মা হেমা—! মতম অসি য়োশিল্লক্লবা অসিদদি মুং- ঙাইভবা অরাবা কোংগাই লৈরবসু থম্মোইমুংদা লোৎভুনা থমগদবা মতমনি। সমাজ ১দি অহল লম্মনগী পেন্নবগী-

দমক্তা নশাগী অরাবা দু ঙাইতবা রাখল পুম্নমক পুক্নিংনা য়োবা ঙমত্রবা লমদনদা ১দি মিৎনা উখিত্রবা ঙমখৈদা ভাইবং কনাবু উহন্দনা থম্লগদবনি ! ঙসি কোবা তুমিৎ অসি নংবু পোকপী নমাগী রাশক ঙাকপা তুমিৎনি। অমদি মচাগী দশ কর্ম্মা মপুংফাবা, মপা অমা ওইবগী তুংঙাইরবা তুমিৎনি। অসিগুম্বা তুংঙাইরবা তুমিৎ অসিদা নহাক্কী মাইথোংদা অরাবা শকলোন পুথুনা ইপাগী থম্মোইদা অনৌব অরাবা অমুক হাপ্লগন্নু। ইপাগী ইবেম্মা ন'দি খঙলোই। নংগা ঐগা থাদোক্লগদৌরিবসি। ইপাদি থরাই হকচাং শেৎনবগা পাংথক ওইগদৌরিবনি। অদুবু মঙমগী নোংলৈ মতুং ইন্না ১দি মতমগী খোংচৎ মতুং ইন্না য়াদবা মতাং থোকপনা, ইপানা ন'বু থাদোক-কদৌরিবনি। নত্রবদি নহাকপু নপা ঐগী ইথাদা চেৎনা কোন্দুনা থমজগদবনি। অদুবু সমাজ ১দি মীওইবগী চৎনবী কোবা অমদি লৈবনিনা মতুদি য়াদ্রেদো। অদুনা হৌজিক্তি রাখল পুম্নমক অকাউবগী ইপাক্তা লংথদুনা অফবা ফত্তবা পুম্বা ভাইবং মপুগী মফমদা শিন্নদুনা ইপাগী আশা মপুং ফাহল্লু। নত্তে মতম অসি নত্রে। নফি নরোল শেৎলুনবা নশাগী থৌরাং লোইথোক্লো। জাতী। নভাগী চন্দন চরা থিন্নবা অসোমদগী চন্দোন চরা অদু থরা লৌবিয়ো লাও। লাকও ২।

(গুম্লাপ, জাতী ভুংথ মাংথ চংখিবা, মতম অসিদা মপান্দা মী থরা রারি শারক্পা তাহুনা মনা থাংগৎহুনা তাই )

মী ১ ঃ—( মপান্দা ) করিনোনে স্না কৈথেন্দা তৌহৌরিবা মতৌ অসিদি য়েংহৈবা থোদো নত্রেদা লৈপাক মচাশা।

মী ২ ঃ—( মপান্দা ) করি তৌব্রবগে ?

১বা মী :—গুসাই স্না লমজাও সরক্তা মথোং মথুৎ য়োৎহিলং চন্দুনা কোইপু পুহুনা চৎখিবা উদয় কোবা পাথং অহ্ স্না কৈথেল ময়াইদা পাং তিংহুনা পোথা পোশ্বা শগোল শাজৈনা ফুহৌরি। মশা অহ ইহিং-নাইহিং শাহৌরে। গুসি জুমিৎচুপ্না ফুগনি হায়। মাবু পোকপা অহল-লমম্বা মচাগী মতৌ উবদা রাস্থ রাস্থহুনা ঈশিং চাইহুনা লাক্লহৌরিবা, য়েংহৈবা থোদো নত্তে। উরুবা ঐথোয়না পাপনি।

৩বা মী :—( মপান্দা ) করি কাম্লবা অহুম্বা রাবু লুহোংক্লমদা করিগী দমক্তা পুথোকপিরি।

—লাইট—

# ৫শুবা উৎপা

## লক্ষী

( তোমপোক পয়লানচিংবা নোক নোক্ননা থোরকই )

পয়লা :—ইচা ইনাওশ :— থোঙ্গাল ময়া য়োশিল্লক্রে অমুক্তা শেম শাহোসদনা।

( পয়লানা তোমপোকী কোইয়েৎ ফিরোল্লচিংবা শেম শারি। মিংশেল পায়বনা তোমপোকী মমাংদা মিংশেল খল্লি। মত্তম অ'সদা প্রজা ময়াম অন্দোলন হোৌরকপা, নিন খোংব তা'রি। )

হেমা :—( মঙ্গুংদা ) উদয়বু
ময়াম :—( মঙ্গুংদা ) থাদোকউ
} = ৩ লক

হেমা :—মাঙ্গেশনা পানবা
ময়াম :—য়ানিংদে
} = ২ লক

হেম :—মৈতৈ লৈমগী অরাব'
ময়াম :—কোকহনসি
} = ২ লক

হেমা :—মৈতৈ লৈমগীদমক্তা থরাইশে
ময়াম :—থাদোকশি
} = ২ লক

হেমা :—উদয়বু
ময়াম :—থাদোকউ
} = ২ লক

( মতম অসিদা হেমা অঙাওবাগী মতোগুম ভুংমাং হুন্না হুন্না য়েংদুনা তফিং তফং চেনখিবা )

পয়লা :— করিনো ? করিনো ? তোরবা মতৌ অসিদ —?

তোমপোক :— কৈদোরবগে খুড় ? মখোয়না ফন, লাউঞ্জদুনবু করি তৌজরগদগে ? বৃটিশকী বোম তোপকী মমাংদা মখায়না কয়া কুইনা লাউজবা ওবগদগে — ?

পয়লা :— হু—হে

তোম :— হুহে নত্তেনে খুড়া। মৈতৈ মচাগী থোনা অদু ঐ চপ চানা খংই। বোম তোপ'ত হায়রুন্নু, হোরেন বৃটিশ সারকারগী পোকলাউবীগুম্বা নোংমৈ মচা অমগী মখোল তাবদা কায়দুনা চেনখিগদবা মৈতৈনিনে। কান্নদেসে খুড়া অদুগী শরুকপুদি ঐগী কোইয়েং অস লাইবক খুম্বা খর য়াংলে। মসিদুম — শেমজনবিয় —

পয়লা :— ইবুঙো কেইয়েং শেম্বাগী লাইরি হৌজিক ইমাং মক্তদা লুহোংগদবা নুপী চেনখরে। ইবুঙোবু উ বহৌদ্রিব্রা ?

তোম :— করি হায়বা খুড়া — !

ময়াম :— চুম্মী সুবদার সাহেব চেনখ্রে।

তোম :— অচ্চা — ! ( শাউনা কোইয়েং অদু লোথোক্ত না পয়লাদা পীশিল্লমলগা মফি তাথৎতুনা তাম্নখিবা )

পয়লা :—তৌরিবসিবু ঐনা মহুৎ শিন্দুনা হোংবা তারিবরা—?

## ৬ শুবা উৎপা

### সনা কৈথেল

( খোগেন্দ্র সুবদারনা লুচিংদুনা সিক্কাই থরনা ভাক-শেন্দুনা উদয়বু পাং তিংদুনা ফুরে। উদয়গী মশা অদু ইহং-নাইহং শারে। য়াম্না লাপনা 'উদয়বু থাদোকপিয়ু" হায়না প্রজা ময়ামগী অন্দোলন তই। )

হেমচন্দ্র :—উদয়বু
ময়াম ঃ—থাদোকপিয়ু
} =৩ লক

উদয় :—ঈশিং— ! ঈশিং— ! খজিক্কু— !

খোগেন্দ্র ঃ—ঈশিং থকে হায়ব'— ? কৈ পিথকনি। বহাদুর—। কোই নজাপসে পানি হৈ তো পিলাদো ( বহাদুর থুনা থোকখিবা ) উদয় ! হৌজিক ফাওবা নংগী নশাদা ঈশিং খৌরাংবগী পাঙ্গল লৈরিবরা— ? ( উদয়না খুমদবা ) কৈ পিথকনি —। পিথক্কনি। ( বহাদুরনা ঈশিং পুশিল্লক্কুনা খোগেন্দ্র সুবদারদা পীরবা ) সে সে থকউসে—। ( পিথকে হায়দুনা ময়াদা হৈগদবগী মওংদা চংশিল্লকপা। ঈশিং অদু মমায়দা চায়শিনবা পাত্র অদু লংথোকপা ) হা— হা— হা— ঈশিং পিথক্কুনা নংবু খৌরাংবা কোকহনবা ; খগুঙ্, নং হৌজিক মরুভূমিদা লৈবনি থন্দোকতুনা খৌরাংবা অদু থর ফবরা য়েংঙু।

হা— হা— হা— .... ...। খঙঙ্‌ লৈবাক প্রজা পুন্নমক চুম্মী মহাক্না ফংলিবা দণ্ডি অ'সি মরন্নাই নত্তে। লৈপাক প্রজা নখোয় পুন্নমকপু ন্নারকলিব'নি। অসিগুম্বা দশা অসি ফংনিংঙ্গবদি অত্থম তুমিন তুমিন লৈয়্‌।

( খোলেন্দ্রগী ইঙ্গিতগা উদয়বু ফুবা )

চন্দ্রহাস :—( মপান্দা ) হাই সিফাই মচা—! মৈতৈগী মৈতাল অসিবা। গৌড়িয়া চত্তবা ফিরিংগিগী হুইরোই নংবু মৈতৈ চনুগী ঈ নত্রা ? ইচিল-ইনাওশা চংশিনবিয়ু চংশিন'বিয়ু মৈতৈ লৈমগী দমক্তনি। নিংহন্ন'বিগনু। থন্নাই পাম্মু'বিগনু চংশিনবিয়ু।

হেমচ :—( মপান্দা ) শ্রীগোবিন্দগী

ময়াম :—জয়

হেমচ :— মৈতৈ লৈমগী

ময়াম :—জয় ( অ স হায়দুনা ময়াম চংঙকপগী মওং )

খোলেন্দ্র :—চার্জ করো—। কিয়া দেখতা হায়। চার্জ্‌ করো—।

( মপানদা সিফাইগা প্রজাগা ইন্নবগী লাউ খোংবা তাবা হেমচন্দ্রনা লিন তোংবা ফরাল অমা পায়দুনা সিফাইগা ইন্ন ইন্নদুনা চংলকপা খোলেন্দ্রনা ফরাল অত্থু মুল্লগা থুদেকপা। হেমচন্দ্রবু সিফাইনা মকোক্তা নোংমৈ গুণ্ডানা থাবা। অস্থুম তৌদুনা চন্দ্রহাস, সেন হল, তোনান্নচিংবা প্রজা ময়াম "মৈতৈ লৈমগী জয়! শ্রীগোবিন্দগী জয়" হায়না অনিরক লাওর-লাওরদুনা চংলকপা সিফাইগা ইন্নবা। মতম অসিদা কাউন্ট'মিচেল সাহেব চংলকদুনা মতৌ অত্থু য়েংলগা।)

কাউণ্টমিচেল :—ফায়ার— ! ( সিফাইনা নোংমৈ কাপ্পা হৌরে )। সনাহল, চন্দ্রহাস নোংমৈনা পান্দুনা শিরে। সাহেবকী ঈ-পাউদগী উদয়বু পুখিনবা সিফাইনা পুনবদগী লো-থোকপা হোৎনরি। প্রজাগা সিফাইগা ইন্নবা লেপ্তে। মতম অসিদা হেমা লিন তোংবা ফিরাল অমা পায়রুনা "মৈতৈ লৈমগী জয়, শ্রীগোবিন্দগী জয়" হায়রুনা লাউর-লাউরহুনা চেনাশিল্লকহ। নোংমৈ মপা থোক্তুনা হেমা নোংমৈনা পান্দুনা তুগে তোরুবদগী অমুক হোগৎ-লকতুনা তুরোই-ভারোই চেনশিল্লকতুনা "মৈতৈ লৈমগী জয়! শ্রীগোবিন্দগী জয়" হায়রুনা উদয়গী মথোং ময়াদা তুথখরে। মতম অসিদা উদয়বু পুনবা থাদোকপা লোইরম্মে। উদয়না হেমাবু করি অমতা হননা য়েংলম্বা ভমখিদরে। খোলেন্দ্রগী হুংগৎতগী উদয়বু সিফাইনা চিংথোকখরে। )

হেমা :— ( উদয়না চৎখিবা মাইকৈদা য়েংলগা ) শ্রীগোবিন্দগী জয় — ! মৈতৈলৈমগী জয় — !

( হায়না শিবা )

( অন্দোলন নেমথরে। উনমুক চিকখরে। মতম অসিদা গুলাপ মচাম্নপীবু কোর-কোরহুনা অভাওবগী মতোগুম চংলকই। কপস্নু কপতে রাস্নু ভাংদে। নোকস্নু নোক্কে। মচাবু সুংশিনা য়েংলগা তপ্পা পমখৎলি। মমিৎতা মপি শিস্থবা হৌরকলে। মতম তানজা অসিদা প্রজা অমনা থম্মোই শোক্না ভেংথা ঈশৈ শকলকই। )

গুলাপ ঃ— মৈতৈ চন্নু —। মচাগী মরাইবক্তা চুম্মা।

ঈশৈ — ওকত্তা

লোইবেদো ওসি লোইরেদো।
মৈতৈ লৈমগী মমোমলোই
লাইবক চাওবী মৈতৈ চন্নু
লোমখুসন্নু [ নংগী ] পুন্সী চেংজেন
তাইবং জীব পুম্বনা —
শোম্নহোম্নগনি [ নংগী ] কোলোই মিংলেন্দি মৈতৈ
চন্নু হেমা।

( ঈশৈ লোইবগা লোয়নসা যৌবনিকা হাইজিল্লকই )




সমাপ্ত

